মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মতেংদা কোংবা

# একাদশী পঞ্চালী



রাজকুমার শ্রীরাহল সিংহ বি-কম

# একাদশী পঞ্চালী

---

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্না
সম্পাদন তোবা।

১বা কোংবা
১৯৬৭ হং



মমল ২'৫০

ঐহাকপু শিক্ষাগী লম্বীদা সমজিংবিরম্বা
জনষ্টোন হাই স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরম্বা
স্বর্গীয় থুমনথেম মধুমঙ্গল সিংহগী
স্মৃতি উদ্দেশ্যদা।

# বাহৌদোক

মৈতৈ ময়েক্তা মমাংতৈগী ওজাশিংনা ইহুনা খঙ্বিরঙ্বা লাই-রিকশিংগী মনুংদা "একাদশী পঞ্চালী" অমনি। লাইরিক অসি তরানিপালগুবা শতাব্দীদা ইরম্বনি। লাইরিক অসি কোংদোক্কবা হোৎনজবদা শ্রীখোংতাম মাধব সিংহ পণ্ডিত, শ্রীহাওরোকচম নীলমনি সিংহ পণ্ডিত অমসুং শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র পণ্ডিতকী মতেং লৌরে। মনিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা শেলগী মতেং পিবিরদগী লাইরিক অসি কোংজবা ঙম্লিবনি। মসিমক নৎলমজ্রবদি লাইরিক অসি কোংদোকচবা ঙম্লমলোইদবনি। মসিগী দমক্তা পণ্ডিত অহুম অমসুং মনিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী কর্ত্তৃপক্ষগী মফমদা থৌবিমদ থাগৎবা উচ্চরি।

ইম্ফাল,
য়াইশকুল,
তাং ২৬।৩।৬৭ ইং

রাজকুমার শ্রীসনাহল সিংহ

# একাদশী ব্রত

ভজন ক্রিয়াগী শক্তমশিংগী মধ্যুংদা একাদশী ব্রতনা অখোইবা শক্তমনি হায়না শাস্ত্রনা লাওরি। মরম অসিনা বর্ণ মরি অমস্তুং আশ্রম মরিগী মী পুম্নমক্না একাদশী ব্রত তৌগদবা ওই। শ্রীহরি ভক্তিবিলাসতা অস্মুন্না ইরি—

বর্ণানামাশ্রমানাঞ্চ স্ত্রীণাঞ্চ বরবর্ণিনি।
একাদশ্যাপবাসস্ত কর্ত্তব্যো নাত্র সংশয়ঃ॥

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়শিংবা বর্ণ মরি অমস্তুং গৃহস্থনচিংবা আশ্রম মরিগী মীওই অমস্তুং নুপীশিংস্তু একাদশী উপবাস তৌগদবনি। কনা-গুম্বা মহাত্মা অমনা তায়খিবা বা লৈ মতুদি কর্ম্মগী ইন্দ্রিয় মঙা, জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় মঙা অমস্তুং পুক্নিং পুম্না ভরামাথোই অসিবু খুত্থম চন্দুনা শ্রীহরিবু নিংজবনা একাদশী ব্রতনি অমস্তুং মসিগী দমক্তা চরা হেনবনা একাদশীগী উপবাসনি। মহাভারততা ইরি—ঈশিং, উরু-উরা, উটি, যঙোম, ঘী অমস্তুং শ্রীগুরুদেবনা তাকপিবা পোংশক অমস্তুং হিংনবগী দমক্তা চংদবা য়াদবা হিদাক-লাংথক-নচিংবা চাবদি ব্রত কায়বা কৌদে। অদুগা শ্রীভগবান মশামক্না তাকপিখিবা লৈ মতুদি শ্রীভগবানগী চেক্লদা, লেংথংপদা অমস্তুং য়াওনবদা হায়বদি শয়নৈকাদশী, উত্থানৈকাদশী অমস্তুং পার্শ্বৈ-কাদশীদদি উটি, উরু-রাক নত্রগা ঈশিং থক্নবদি ঐগী থম্মোইদা তাশোয়া থিনবগা পাংথক্নি। মরম অসিদগী একাদশী তিথিদা একাদশী উপবাস ভঙাইকদনা তৌগদবনি হায়না বৈষ্ণব স্মৃতিদা অস্মুন্না ইরি—

"একাদশ্যাম্নপবসেন্নজ্জাতিম্নিতি ত্রবেৎ"

উপবাস লুমিত্তা মহাপ্রসাদ কংবা থোক্রবদি ব্রত কাম্নবা কৌই। মতাং অসি হরিভক্তিবিলাসতা অস্নুমা ইরি—

একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত ব্রতমেতদ্ধি বৈষ্ণবম্।

ব্রত লুমিত্তা বৈষ্ণবনা মহাপ্রসাদ কংলবদি মহাকী ব্রতত্তু কাম্নরে। কনাগুম্বা বৈষ্ণবনা শোইখিবদগী মহাপ্রসাদ কংলুরবদি মহাক্না বিষ্ণু নিংজবত্তু অরেম্বা ওই অমস্নুং বৈষ্ণব মশামক অম্না-অনা নংই। মসিমক গোস্বামীরজ্রদা মরেক শেমো অস্নুমা ইরি—

বৈষ্ণবো যদি ভুঞ্জীত একাদশ্যাং প্রমাদতঃ।
বিষ্ণ্বর্চনং বৃথা তস্য নরকং ঘোরমাপ্নুয়াৎ॥

শ্রীনারদ পঞ্চরাত্রদা করি হায়রি হায়বত্তু অমুক্তা য়েংবিয়ু—

প্রসাদান্নং সদা গ্রাহ্যং একাদশ্যাং ন নারদ
মমাদি সর্বভক্তানামিতরেষাঞ্চ কা কথা ঃ?

মসিনা হায়রিবদি একাদশী তিথি নত্তনা অত্তৈ লুমিংতদি মহাপ্রসাদ লৌকৈ, করি অমুক হায়পনি শ্রীলক্ষ্মীগী মতৌগুম্বা ভক্ত পুম্নমক একাদশীদা মহাপ্রসাদ লৌহৈরে। স্মৃতিদা হায়রি—একাদশীদি পুম্নগী শক্তম ওইরিবানি অমস্নুং শ্রীহরিগী থোই-দোক্না পেন্নহনবানি। জগৎকী মবুংতো শ্রীভগবান্না একাদশীদা মূর্ত্তি ওইনা লেংশিনবিরিবনি। মরম অসিনা একাদশী ব্রত তৌবা হায়বসিনা জগৎকী অরাবা কোকতন্নি অমস্নুং শ্রীভগবানবুস্ন পেন্ন-হন্নি।

একাদশী লুমিত্তঃ মহাপ্রসাদ কংহৈদে হায়বসিগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা মমা ইবেম্মা শচী দেবীদা অস্নুম হায়খি—

"প্রভু কহে, একাদশীতে অন্ন না খাইবা।"

—শ্রীচৈতন্য ভাগবত

শ্রীভগবানগী পোন্নবগী মমক্তা একাদশী ব্রত তৌনহুনা লাক-লিবনি। মরম অসিনা মহাপ্রসাদ খাদোহুনা শ্রীহরিবু নিংজবনা একাদশী ব্রত তৌবগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যনি। মতাং অসি শ্রীহরি-ভক্তিবিলাসতা অস্মুন্না ইরি—

একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত পক্ষয়োরুভয়োরপি।
জাগরং নিশিকুর্ব্বীত বিশেষাচ্চার্চ্চয়েৎ বিভুম॥

মসিনা হায়রিবদি শুক্লাপক্ষ অমসুং কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী অনিমক্তা চরা হেনগদবনি অমসুং অহিং তুমদনা শ্রীহরিগী নাম কীর্ত্তন তৌহুনা লেনগদবনি।

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা একাদশী ব্রত তৌবগী মরমদা অস্মুন্না ইরি—

সর্ব্ব প্রায়শ্চিত্তমিদং সংসারোত্তরকারকং।
একাদশীব্রতং বিপ্র! কুর্ব্বন্ মুক্তিমবাপ্নু যাৎ॥

মসিনা হায়রিবদি হে বিপ্র! একাদশী ব্রত অসিনা মথল মথা অয়াম্বা পাপকী প্রায়শ্চিত্তকী মশক ওইহুনা সংসারগী অকৌবদগী লানথোকপি। মসি তৌজবনা শ্রীহরিগী চরণদগী কাওবা ভক্তি ফংজে।

কাশীদাসী মাহাভারতকী শান্তি পর্ব্বদা একাদশীগী মাহাত্ম্য নিংখিনা ইরি। একাদশী মাহাত্ম্যগী ৱারী অমা গালব কৌবা মুনিগী মফমদা মচানিপা ভদ্রশীল কৌবা অহুনা লিথি। মহাক মশামক লহানমুকী মপোক্তা সোম শাগৈদা পোক্লমই, মমিংনা ধর্ম্মকীর্ত্তি কৌরমই অমসুং জম্বুদ্বীপকী নিংথৌ ওইরমই। মহাক্না

ধর্ম্মবু থৌশাঙ্গছুনা হিংসাগী থবক চৎলমই। নোংমগী মুমিত্তা লাইগী লোংমমদগী মহাক শামী-লাম্মী পুদুনা শাদানবা চৎলমই। মথোঙ্গনা শজী অমা কোম্বশন্নমই। নিংথৌনা ঋাশকচুনা লাওথোক্লমই মচুদি শজী অচুনা নাম্বোকখিবা মায়কৈ অদোমদা লৈবা মীমথৈ শাগৈগা লোইননা পুম্না হাংকানি। মসি তাবদা লাম্মাশং অচু মহে মহে চোকশিন্নরমই। নিংথৌগী ঋাশক অচু তাবদা শজী অচুনা থান্নমই— ঐগীদমক্তা মী য়াম্না শিনবা তারে, অচুগী শরুক-পুদি ঙসি একাদশী মুমিং অসিদা ঐনা শিবা থোক্লবস্থ শা ওইবা অসিদগী মুক্তি ফংলগনি। অসি থন্দুনা শজী অচু নিংথৌনা লৈবা, মায়কৈ অদোমদা চেম্বোকখ্রে। নিংথৌনা তেন কাম্পদা পানবা ডমথিখ্রে। নিংথৌ অচু শাওছুনা শগোল তোংছুনা বন মনুংদা শজী অচু তামখ্রে। থরা লৈরগা শগোল অচু শিখ্রে। যমগী দূত অনি লাক্কুনা মহাকপু পুন্দুনা যম তান্নঃ পুরমই। ধর্ম্মরাজনা একাদশী উপবাস মুমিত্তা শিবা মীদি পাপ কোক্লবনি, মরম লৈতনা কন্নিগী পুরাক্লবনো হায়না য়াম্না শাওরমই। মতম অসিমক্তদা দিব্যরথ পাইথরক্কুনা মহাকপু হাপকৎতুনা ব্রহ্মলোক তাম্না পুখ্রে।

ঐহাক্না সম্পাদন তৌজরিবা "একাদশী পঞ্চালী" কৌবা লাইরিক অসিদা অসিগুম্বা ৱারী অনি য়াওরি—ৱারী অমনা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা একাদশী ব্রত কাযরকবদগী চন্দ্রাবতী মহারাণীগা কাযনবা; অতোপ্পা ৱারী অমনা হস্তিনা লৈবাক্কী নিংথৌ রুক্মাঙ্গদনা মহাক্কী লৈকোন্দা লৈ লোয়া লোয়া হেক্লবা কাননবা থৌরাং তৌবদগী আহে কৌবা নিংথৌনা থাংথা অকংবগী মৈথুনা নোংমদোন শিনবা থুংথিবনা

দোলাই পাইখংদু হায়বা রাজহুনা নৈবা থেংনকবা, একাদশী ব্রত তৌবা মীনা শোক্রবদি দোলাই পাইখংকনি হায়না আহ নিংথৌনা হায়রবদা একাদশী শুমিত্তা চবা হেনবী বেশ্যা হল্লবী অমা থেংন-কুহুনা বেশ্যা মমা-মচানা শোকপদগী দিব্যরথ অহুনা আহ নিংথৌ অমম্পুং হল্লবী মমা-মচা পুখংখিবা অসিনচিংবগী থারৌনি।

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

---

# একাদশী পঞ্চালী

শ্রীহরিদেব মপুরেনবুস্নং খুরুম্মমগে। বিষ্ণি মৈথায়ববু মাংহন-ভন্বা গনেশ লাঙ্গোই চুদহেনবস্নং খুরুমগে। শিব মহাদেববু খুরুম্মমগে। য়োইবু পার্ব্বতী লাইরৈমবুস্নু খুরুমগে। জগৎ তাইবংপানবগী মপুস্নং হন্না হন্না খুরুম্মমগে। য়োইবু সরস্বতী লাইরৈমবুস্নু খুরুমগে। ব্যাস মুনিরেম্নচিংলিবা মুনি-ঋষি পুম্নমকপুস্নং খুরুম্মমগে। মালেম তাইবং পাল্লিববু ভাল্লিবা সূর্য্য-চন্দ্র অনিমকপুস্নং খুরুম্মমগে। পাতালপুর আনন্ত শেষ নিংথৌবুস্নু খুরুম্মমগে। পণ্ডিত বৈষ্ণব পুম্নমকপুস্নং খুরুম্মমগে। শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু তাংজা লুদা থোংনা খুরুম্মমগে। অস্নুম খুরুম্নবগা লাইক্রাকপম-চা ভাইথোম্বা মপারি পলেম মমা য়োইরুমলোন নোং-পানবা চম্নু পাইমা সনা লিনকোইগী মপারি শকাংভম্বা লৈরাং অতোম্বা মম্নু কৌবা অভাংভা সনা ঈদগী হুইথরকপা থোইনাই য়ুমথংবা দনা ঈদা কাক্ববা ভাংভোই মোইরাম্বা-চানা কৃষ্ণ ভক্তি অথোইবদা উনবী পুক্লিং লুপ্না বৈষ্ণব চরিত্র মরমচৎ নিংথিবনা হুকচাং লৈতেং ওই, আচার মরমচৎ অশেংববু নমু কনাগুম্বগা মাম্নদবা প্রেমভক্তি অথোইবদা উনবী পুক্লিং লুপ্না হরি সংকীর্ত্তন মুংভাইবগী মাইদা মাংনা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব-পণ্ডিত পুম্নমকী উনবী পুক্লিং মুংভাইথোইনা প্রেম আবেশ থোকপদা নৃত্য জগোই শাববু পুক্লিং হরাওথোই, মুভাই মরাং

কায়না পুক্সিং মহৌশাবু ওইনরম্বনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু অথোইবগী থোইমোম লাইশং লিং, জগমোহন মুংঙাই থোইনা, মাণ্ডব চাওকোই শানা, কোয়ৌ নোংজা খুদিংগী শঙ্খ মোইবুং থোং, সন্ধ্যা আরতি তৌ, ভজন লাইনিং কায়দনা লোইদাম থাবুম খুদিংগী থাশি থানিন অনিমক্তা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু তৌনা পূজা ঈরাং অথোইববু পুক্সিং হন্দোক লৈতনা য়াইবি তোলনৌরি অশেংবনা থমোই কিশি লিয়োল চেং, থোইমোম লাইরমলেন অশেংবদা উনবা মচিল থৈ, থরাই লিকিননা প্রেম সমুদ্র ঈরেনপুংদা লুপ্পা লমচং মহৌশাবু ওইনরম্বনা শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, পাদ সেবন, অর্চ্চনা, বন্দন, দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদন ভক্তি মথোয় মাপলমকপু কৃষ্ণ সনা মথোংথাদা কানা য়োইনা সেবা তৌজরম্বা পাইমা উনগোহনিং লৌশিং থোংহৌ কন্থীরেন শ্রীগুরু মপাওতাক তুংনফম, থমোই লাইমিং লেংদকম, পাইমা উবু নোংথোংহরেল মক্তবনা পূর্ণ ভগবান মপুথেনগী থোইমোম সনা মথোংথাদা নিংজ খুৎপাই লেংদকম অচেৎপা লৌশিং উবু তুংনরৈ, অথুপ্পা থমোই লাইমিং পেম্নরৈ, অরুবা প্রেম ঈথক থাংহৌরৈ, মক্তবা সনা খুয়া থহাললৈ অনিমক্তা পুক্সিং খুভম হোংদা, পাইজা খুৎপাই থাদনা নিংজথিএ। মুখ মাগী চিনবাম্ভোং মোইকাই থক্লে চুনা য়াং, অধর চিনবান ভাংথোইবা চিনবান মোইকাইরেং নিংথিবনা ঈশ্বর মপুরেনগী গুণামৃত মতিক অরুববু মোইকাই থোংজিল মবুক থন্, মতম পুংজা নাইদনা শোনজৈএ। শমু মাগী মথুদোন খুবাং চাংজৌ ভরামা নিংজা থবক ভানফং খুৎ, চাংজৌ খুরুম য়োইথোন-খুৎ, চিঞ্জাক অহাও থংন-খুৎ, সেবা মরোই য়াইথোন-খুৎ, হকচাং ইন্দ্রি শেংন-খুৎ, খুৎ ভরামক্তা হরি লাইমক্তগী মন্দির লাইশং

ভৈবনচিংনা থৌরম লৈবা থৈবিক্তা পুক্নিং অতন লৈতনা য়োইনা সেবা থৌগনজববু পুক্নিং থুবম হোংদনা তৌজখিএ হায়দত্রা ।

কোরৌ নোংজা খুদিংগী মালেম লৈমাই তৈ, হৈরাং অশং য়েং, তাওজিং অমুন থম্না, পানা লায়াং তৈ, হৈরাং শুংদাই থায়, হৈরুক তাঙ্গা শেম্, শিংগুল পরেং শেম্, থা শুংদাই থায়, য়েন্নম মথেন শেন্না য়োইনা সেবা তৌজখিএ। অসিস্তুং মদোমদে। থাংম্নিমা চেংচংববু ভেংখানবা-চা ময়ু তাওবুং থোংতৌবা সনা ঈদগী হুইথরকপা কামু অতোম্বা সনা ঈদা কাকব। এলাংবম-চা চিগোং মপারি মপন পলেম মমা ন্নাংগুয়োন লাইরেনবা চন্নু পাইমা সনা লিনগোইগী ম্নাইমা লবঙ্গ এলাংবম-চাস্নুং শুরু পাওতাক মতুং ইম্না পাইমা লৌশিং অথোইবা উনবী থমোই মিং অরুবনা তাইবং পোংশক অরেপ্পা থন্নাই মমি-রেনগী থোইমোম লাইরমলেন অরুবদা য়াইবি তোননৌরি অশেংবনা থন্নাই লান্ন-মিং, মিংলেন অথুন্নবু থমোই কিশি লিরোন চেং, চিংগু শামল লিকিননা উনবী চাচন চেং, থমোই লাইনিং ন্নাইথুংফমগী থোইরা লিনকু মরু ওইরিবা হরি তাইবং মপুরেনবু পাইমা উনগোই-মুংদা পুক্নিং হম্মোক লৈতনা হরিভক্তি অথোইবদা লমচং মহোশাবু ওইনখিএ হায়দত্রা ? মতৌ অস্নুম তৌনা শানৌ মচিন্নাও অনি-মক্তো উনবী পুকমান্না হরিভক্তি অথোইবদা লমচং মহোশাবু ওইনরমএ।

ভাংভোই মোইরামবা-চানা মশাবি থাংম্নিবা-চাগা অনিমক্তো খুঙ্গং লৈকাই তিন্, য়ুমলেন নমতাইননা শাইগং লোনশিন্নবা পান্নমএ। পুক্নিং থৌজাল মায়োক্পা ভক্তি মর্য্যাদা কায়দনা পলেমবী মচা, পম্মোবা মচাশুম মরূপ লেংতিন্ননা লৈমিন্নরমএ হায়দত্রা ? চিংগু

লাইবক কয়া অনিময়ক অতুনা লাংহৈ কুমশিং য়াম্লকলবদা কোয়ৌ মুমিং অমদা উনবী পুকমাম্না য়াত্তানথিএ। ভাংগোই মোইরামবা-চানা ইশাবি থাংয়ি মচেংচংববু জেংথানবা-চাদা য়াহমথিএ—হে ইশাবি পলেমবী মচাগুম্বা-ও, নশানৌ ঐগী কোলোই ইয়াথংবু উনবী পুক্লিং ভগ্না নাত্তা-ও। অহল ইবিংভাবু মতম গুই, মানলৈ চিংওল্লকলে। শম্মু থোংকাপ অথা খুদিংদা লৈত্তোং খুদি য়াম্না মিংয়েং উয়োল থিরক্লে। তাইবং নোংশাপান অসিদা নমু মীবু ওইনা পোক্লবা অসিবু তাইবং হকচাং অরেপ্পবু নত্তবগী য়োইময়াই লাইরেন ভাওদনবনা মুমিং শিংওনখিবা খুদিংদা থম্মুং য়াইথোং শিংত্তবনা কোয়ৌ নোংজা খুদিংগী শিংথানরিবানিগীনা তাইবং পুন্সি ইরাল্লৈ, অয়াং শিরু লুত্তোং-লৈবু থিংলৌ নিংনা ত্তেনা অনৌবা অময়ক হনরাইফদবা পুংনে। হয়েল শিগনি থংগুমদা, হয়েং নাগনি উগুমদনা পাম্লিবা পুংনে। তাইবং নোংশাপান অসিগী পম্হৌ মপা-মচানচিংনা মপারি মুংচানবা, মমোম মুংওলবী মনোংয়াই নাক্রৌ শিলবনচিংবা পাচা শাগৈ লোইনা চান্না পুম্নমক অসিবু হয়েং থম্মুং লাংওল-নোং শায়া পনকেন-নোংদা চৈরৈ কিয়াইয়া য়াইয়া লমচেন কিগুম অমন ভাইরোইনথিক্কদে। তাইবং শিঙেল অরেম্বা লৈয়াং অতিংভানে হায়ববু চেংলৌ মাংদা থানা শংশং মিংনা মউরিবা অহুনে। তাইবং নোংশাপান অসিদা নমু মীওইবশিংনা লহান লাংওল অমরক্তা ভোজ লনওল মরিগী থোইমোম লনকু চৈয়োইনন। থয়াই মমিরেনগী য়াইবি লনভানথৌ অশেংবনা হয়েং লাংওল অমরক্তা য়াইফ মহৈ অথোইববু চাওথংনক্কইএ হায়ববু তাইবং নোংশাগী পুরাণ লাইরিক অয়াম্বদা হায়রিএ। য়ায়ম অসি-দমক্তা থয়াই ঐথোয়গী ইমিরেনবু হয়েং লাংওল অমরক্তা য়াইফ মহৈ

ওইনবা **একাদশী পঞ্চালী** কৌবা য়ারী মুংঙাইবা পুণ্য মহৈ ওইবা অচুবু পোইরৈ মৈত্তেরোন্দা শেংশেমহনসে হায়না অমুম য়াত্তারববু মশাবীনা পুক্নিং হরাওখোই, মুংঙাই য়াইবি মতোল চোংনা ইশানৌ মোইরামবাচা-ও, নশাবি ঐস্নুং পাইমা উনগোইমুদা নিংঙমএ হায়না উনবী পুকমায়না য়াত্তানখিএ হায়দভ্রা ? লোইয়ম নোংবানবা-চাদা য়াথং ভক্তি ভৌনা খৌনেকচক্নসে হায়না শমু মথোয়গী মথোং-খাবু ইস্তানলক্লে।

মাকলৌরেন লোইয়ম নোংবানবা-চা নংনা **একাদশী পঞ্চালী** হায়না কৌবা য়ারী মুংঙাইবা অসিবু পোইরৈ মৈত্তেরোন্দা শৈশেমি-ও, নমু মীয়াম থুংনা নাত্তাসনো। নমান ইবিংঙাগী পুক্নিংনা পামজবা অসিবু উনবী পুক্নিং থুংনা শংলৌ খোরাংবি-ও হায়না য়াথং ভক্তি ভৌনা কোলোই অমেংবা, য়াথং অনোনবা, মভৌ অক্নবনা হায়জখিএ —তৌইকুম মাকলৌরেন লোইয়ম নোংবানবা-চা নংবু গুরু ঐখোয়গী পম্মৌ লাইওইনরম্বা লোইয়ম নোংবান য়াহেংবা পণ্ডিত মকোই পাও-নিংশিংবা কোলোই মমিংথোংবু পোইরৈ সনা লৈবাক পুম্নমক্না মিংলেন য়াইফখোইনা কোলোই মিং চৎলম্বা, শাস্ত্র বিদ্যা চিংউ লাইয়েক অয়াম্বদা বৃহস্পতি কোয়ৌ মুমিং শগোনশেলগুম লৌশিং লৈথল য়ামা পোইরৈ থম্নাংবা য়ারি অচেৎপা, ইরেং পুরারী অক্নববু শমু খুতুম চম্না নিংখৌ সনা চিনথংননা পোইরৈ শৈশেম ভোয়রক্নবা অতুগী সেবক মপারিনে। গুরু খোঙাল মায়োক্ননা লাইজ উরেনপুংগুম লল কুবিরম্বা নৎভবরা ? নমান ইবিংঙাগী কোলোই য়াথং মুংশিবা অসিবু উনবী পুক্নিং থুংহনবি-ও হায়না পাওমেনববু নাত্তারবদা হোইদা ইমান নবিংঙাগী কোলোই য়াথং নিংথিবা অসিবু পাইমা ঐবু শিলৈরোয়া

লৌশিং মথোং থংদরিএ হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা পাওথুমজথিএ। তৌইকুম গুরু ঐগী পম্মৌ লাইওইনবা অচুনা থমোই ঐগী লাইয়ুম মুংদা চংনা লৌশিং ফুমবংনরবা অসিবু নোংকাই শিঙাহাংকুমনা ফাং-থোক্লবগা লৌশিং য়াথল শেংনা শৈশেমবিসনো হায়না পাওথুম্নবদা মমান অনিমক্কা উনবী পুক্লিং পেম্মা মুংঙাই ময়াং কায়না হায়াওথিএ হায়দব্রা ?

লোইয়ম নোংবান থৌগ্নাওজম-চা কুমুদানন্দগা নোংয়াই নাওদরেম্বা য়োইবা খুমনবা চা চাওবাতোন লাইশ্রম-চানা পদ অর্থ তৌ, অবুংজাও য়ুম্নাম-চানা কোংয়াং য়ায়ি থেং, ওজা মাগী পম্মোপা ওইনবনা মুকমৈ নরিন শোম্না লোইদাম লাংবন থাগী পুনিমা য়াওবা থানিন নোং কোরৌ নিংথৌকাবদা একাদশী পঞ্চালী হায়না কৌবা পূণ্য মহৈ চেনবা য়ারী মুংঙাইবা অসিবু পোইরে মৈতৈরোন্দা শৈশেমজরম্বনে।

হে সাধু মহাজন চিংঙু লাইবকফবশিং-ও, নথোয় পুম্নমক্কা পুক্লিং লাইজ ঈচিক নহৌশানা ক্ষমা ধর্ম্ম তৌনা হন্না হন্না ঙাকপি-ও। য়ায়ম অসি মতুংগী থৌরম অয়াম্বা পুম্নমকপু ঈশ্বর মপুরেনবু তাংজা লুদা থোংনা একাদশী মহাব্রত অথোইবা অসিবু বেদ-পুরাণ শাস্ত্র পুম্নমক্কা মহাব্রত চাকহেন অথোইবনে হায়ববু থংদনা নমু কনাগুম্বনা তৌজরবদি অমরক হন্না নমু মীবু ওইনা পোক্লদরে। অম্সুম্বা একাদশী অরুবা অসিবু মুনি-ঋষি থৈবিক্কা তৌরমএ। দ্বাদশী তরানিথোই পানবদা উনবী পুক্লিং হরাওথোইনা চাগদনে। নৈমিষারণ্য হায়না কৌবা বন অচৌদা পুক্লিং হরাওথোইনা কমকম্নবদা ব্যাস মুনিয়েনবু পাওকৌরুধগা মুনি সভা পুম্নমক্কা পাওহংথিএ—হে মুনি অথোইবা-গু,

শম্মু নহকশাং অসিবু থোইমোম লাইবু নিংবদা মুনি লেংনা তিনবা পুন্নমকপু হেন্নিবা অদুনে। শম্মু নহাকশাংবু পুণ্য মহৈ ওইবিবা বেদ-পুরাণ পুন্নমকপু মুনি নত্তোন্দগী মায়ম অয়াম্ববু চিংথোক্লিবা অদুনে। একাদশী ব্রত চাকহেন মহৈ অচৌববু মুনি নংনা খংলিবা মশেন্নে। চাকহেন মহৈ অথোইববু মুনি নচিন থম্মাল লৈওনথোক্তগী হায়বি-ও। মুনি লেংনা তিনবা ঐথোয়না নাত্তানিংঙে। হে-মুনি অথোইবা-ও, শম্মু নহাকশাংবু নারায়ণ অংশা মহাকশাংগুম্বনে। একাদশী অথোইবা অসিবু ব্রত চাকহেন মহৈ অরুববু মায়ম মথৈ ফংনা হায়বি-ও। চাকহেন অরুবা অদুবু নম্মু কনাগুম্বনা তৌজরবদি মহৈ করিগুম্ববু ফংজবনো। মত্তৌ অস্তুম তৌরম্বা মী অদুনা থৌরম মৈথার-রবদি ফত্ত মহৈ করম্ববু ওইবনো হায়না পাণ্ডহংববু ব্যাস মুনি থোইমোম লাইবু নিংবনা নাত্তারবগী হে মুনি অথোইবাশিং-ও, নথোয়না পাণ্ডহংবা অসিবু মায়ম অথোইবা মহাক্নে। মুনি নথোর লেংনা তিন্নিবা পুন্নমকস্তুং থোইমোম লাইবু নিংবা মশেন্নে ধর্ম্ম পুণ্য পুন্নমকস্তুং মুনি নথোয়না খংলিবা অদুনে। তৌইকুম মায়ম অথোইবা মহাকপু মুনি সভা নথোয়না পাণ্ডহং-লবনিগীনা মায়ম মথৈ ফংনা মাহম্নবগী উনবী পুক্নিং তপ্না নাত্তা-ও। একাদশী ব্রত মাকমৈ অরুবা অসিবু কৃষ্ণ মহাক্কী চেংলৌ মশক ওইরিবা মহাক্নে হায়ববু লেপ্না খংজৌও। লোইদাম থাবুম খুদিংগী নিম্মাং নিন্দুং অনিমক্তা থোক্লবা অদুদি কৃষ্ণ মহাক্কী তত্ত্ব অংশ মশক্নে হায়না মথংও। একাদশী তরামাথোইনি পানবনে হায়ববু খংদনা দ্বাদশী তরানিথোইনি পানবদা চাকহেন্নুরবস্তুং একাদশী মহাক্নে হায়না মথংজৌ-ও, মহৈ অমত্তনে। হে মুনি সভালেংনা তিনবশিং-ও,

হায়ৰম অৱেপ্পা মহাকপু থৌৰম মথৈ কৌনা পাওমেল্লককে, মুনি লেনো তিন্নিবা নখোয়না উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতাবি-ও। ব্রত চাকহেন মহৈ অকুবা অচুদি মুনি ঐগুম্বু হায়দবস্লুং কৃষ্ণ মহাক্লবু হায়ৰমদে। অস্লুম হায়ভমদবা মহাকপু কৃষ্ণ থৌজ্জাল ময়নকুদশী থজিক্লবু হায়ৰককে। হায়ৰম মতোল লোয়দি হায়ভয়োইএ। একাদশী ব্রত চাকহেন অকুববু নমু কনাগুম্বনা উনবী পুক্লিং পায়া তৌজরবদি মহৈ কনা হায়ভমসিবনো ? হায়ভয়োইএ। মীওই মতৌ অচুম্বা ভৌরিবা মীশিংদো মপোক কয়ারকীবু মহাপাপপু তৌরক্লবস্লুং একাদশী ব্রত অমরক্তা ভৌজবনা মহাপাপপু কোকতৈনে। একাদশী মহাকপু মতৌ করম ওইবনো হায়রবদি দশমী তয়ানি পানবদা থোক্লরবদি অস্লুম্বা ব্রত চাকহেন অকুববু ভৌগনে হায়ববু থংজরবদি চায়া অমরক্তা চাগদনে। লেম্লে ভাবু চাকরোইএ। নিরামিষ ঈশিংতগা ঘীগা চাগদনে। মনামশিং অয়াম্বদি চাকরোই। অচুম চারিতৈদা কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ ময়ম মরিমকপু লাপ্পা হুন্দেক-ও। পুক্লিং অশেংবনা শ্রীনারায়ণ কৃষ্ণ লাইমক্লবু নিংগদনে। কৌবা চিংমুংশোই শোরা তৈনা ওক্লকলবদা অয়ুক চিংথৈ লৈনা চৈরোইননা ঈক্লজরবগা পুষ্পগন্ধ-চন্দন ময়ম শুংশিবনচিংনা ধূপ, মেক্রুক, থাওমৈ, চেং, থোইদিং, লৈ-চন্দন, হৈক্রুক, পানা-ঘা, ফল-মূল মহৈ মপান অসি থৈবিক্লা পঞ্চামৃত ময়ম মভামক্লচিংনা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুরেনদা উনবী শেংনা কংচতৈ, পাইমা পিবুংক্লুদা নিংনা শোনগদবদি হে নারায়ণ, হে গদাধর, হে অচ্যুত, হে কেশব, হে অনন্ত, হে কমলানন্দ, হে মুকুন্দ, হে মাধব, হে যত্নপতি, কৈতভারি, হে মধুসূদন, হে কংসাহারি, হে গোবিন্দ, হে কৃষ্ণ, দৈত্যারি, হে গোবৰ্দ্ধন, হে দামোদর, হে

হৃষিকেশ, হে মুরারি, হে যাদব মিংলেন শিদবা অসি থৈবিকপু শোন্না ধ্যান পুন্নিং তুন্না ঈশ্বর মপুরেনবু নিংজৈঙেনে। থৌরম মতৌ অসুম তৌরিঙৈদা কৰী মকম অচিকপদা কম্না পুন্নিং মরাং কাই, নমু মীয়াম তিন্, সভা মীয়াম কম্না শ্রীভাগবত গীতা অথোইববু কর্ণ নাকোং থোংজাওরেম্না নাত্তাঙেনে। পাইমা উনগোইমুংদদি ঈশ্বর মপুরেনবু নিংজৈঙেনে। মতৌ অসুম তৌনা কোরৌ নোংলেম্নঙেনে ছায়দত্রা? অহিং থোম্নেন তুমগন্দা, মিংয়েং নাওশুমদনা হরি মিংলেন শোনবৈঙেনে। ইমুং কোবা চাংসুং শোইরক্লবগা অমুক চিংথৈ লৈনা চেরোইননা চিনকুপ য়াথিল্লবগা লাইজ ঈকজবদা বেদ লাইরিক্লা হায়রিবা মতুং ইন্না পূজা পোৎলোই পুম্নমকপু উনবী পুন্নিং শেংনা লাংথৎলবগা/ ষোড়স পূজা পোৎলম ভরেংথক্লচিংনা ঈশ্বর বিষ্ণুবু ইরাংকদনে। থৌরম অহু মতুংদা দ্বাদশী তরানিথোইনি পানবদা লুক্লেন পম্না হান্না চারা অমরক্তা চাগদনে। চৌবর, শত্রং, লিকোল শাম্লরিবা পুম্নমকপু শাম্নকরোইএ। নমু মীওই কনাগুম্বা অমত্তনা থোংববু চাকরোইএ। অমৃত অথুম্বা থৈবিকপু চাকরোইএ। তালোই পুম্নত্তিম্ননা কাংথোল ফমজাও হিপকরোই। পামেল শোকবুম পিরোইত্তনা য়োইয়োই থাওবু চাকরোইএ। ঘীদা চাগদনে। থোম্নেন তুমগন্দা, মিংয়েং নাওশুমদনা হরি মিংলেন শিদববু শোন্না কোরৌ নোংলেম্নঙেনে। মতৌ অসুম তৌনা ব্রত চাকহেনজরবা মী অহুদি ঈশ্বর কৃষ্ণ ফিগে সনা শেৎলিবা মহাক্লবু মথা পোল্লিবা অহনে হায়না ব্যাস মুনিরেম্না মুনি সভা লেংনা তিনবা পুম্নমক্তা ব্রাহ্মণগী ঋষি লেংনা তিল্লিবা থৈবিক্লা অনৌবা অমরক হন্না য়াথং ভক্তি তৌনা পাওহংজখিএ—হে ব্যাস মুনি অথোইবা-ও, একাদশী ব্রত চাকহেন মহৈ

অচৌরা অসিবু ক্ষ্রাওরবদি থোরম মহৈ করম্বনু তৌরকপনো, ব্রাহ্মনা পাণ্ডহঙ্গুরবু ব্যাস মুনিরেম্না নাত্তারবগী হে মুনি সম্ভালেংনা ত্রিভুবংশিং-ও, উনবী পুক্কিং তপ্না নাত্তাবি-ও। একাদশী ব্রত চাকহেন অক্কবনু কায়রবা মী অহুশিংগী পাপ মতিক অচৌবদি মপোক লিশিং অমম্ককপু তীল, কাং, য়াহি, মুমু ওইনা পোক্লেএ হায়রবা অসিবু মুনি সম্ভা নথোয়না থাজরোইএ।

থাইনা লহান মাংদা একাদশী ব্রত অক্কবগী কায়থিবা নিংথৌ অমবু লৈরমএ। য়াহয়ককে, মুনি নথোয়না উনবী পুক্কিং তপ্না নাত্তাও। নিংথৌ মাগী শাগৈ মচেংপা মচাদি চন্দ্রবংশ কৌএ। কোলোই মমিংথোংদি চন্দ্রকেতু কৌএ। মশক-মণ্ডল মতিক চাওনা কোলোই মিংচৎএ। নিংথৌ মহাক্কী মহারাণীদি চন্দ্রাবতী কৌএ। য়াম্না নিংথি পুক্কিং হুইএ। চিংগু ইন্দ্র সরারেনগী ইন্দ্রাণী, রোহিণী, রম্ভা অহুম-মক্কবু চন্দ্রাবতীগা মান্নবা ওইদে। চন্দ্রাবতীগী মরমচৎপু লাজোই মোইশয়াগী শমু লমচৎননা স্বামী মপুরোইববু তরা চাকহেন ওইনৈএ। সতী লমচৎননা হকশাং থোইনা নৌহৌএ। উনবী পুক্কিং তপ্না স্বামী মপুরোইববু ভক্তি সেবা তৌনা একাদশী ব্রত চাকহেন অক্কববু তৌনা সনা য়োইকোয়ুংদা লৈমম্লৈএ। কোয়ৌ নুমিৎ অমদা একাদশী মাকৈ অথোইববু থোক্করবগী চন্দ্রকেতু নিংথৌরেম্না মশানৌ চন্দ্রাবতী অহেনবীগা লোইননা একাদশী পোৎলোই নিংথিবনু লাংথৎলবদা নিংথৌ মতৈ-মনাও অনিমক্তি রাজসভা মীয়াম তিন্, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুম্না কম্না শ্রীভাগবত অথোইববু তানা কোয়ৌ নোংলেম্নথিএ। হয়েং কোবা চিংলুং শোইরক্কবদা অয়ুক চিংথৈ লৈনা চৈরোইননা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা মশানৌ চন্দ্রাবতী মহারাণী অহেনবী-

গা অনিমক লোইননা হৌগৎলবদা স্নান ঊকজরবগা জপ-তপ মতম লোইরবগা হুমপুচানা চিন্নবা পোলোই মশিং পুন্নমকপু লাংথৎপা লোইরবদা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব সভা পুন্নমক্লচিংনা নিংথৌ মহাক্ষ রাওনা কমকম্নবগা ব্রাহ্মণ বেদ লাইরিক হায়বনা লাইরিক মাংদা থানা শ্রীভাগবত অথোইববু থীরে। নিংথৌ-মহারাণী অনিমক্তি চৈরি খিত্তৌ শেংনা সনা সিংহাসন্দা ফম্না শ্রীভাগবত অথোইববু নাতাইএ। চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনগা মশানৌ চন্দ্রাবতী মহারাণী অহেনবীগা অনিমক্তি চেংলৌ মিৎপু লংনা নিংথি পুক্নিং হুইএ। নিংথৌ মত্তিক চংথোনবনচিংনা রাজসভা মীয়াম ফম্না বেদ লাইরিক তাম্নিত্তেদা চিংঙ্ বিধি নোংদমথোনবু হেনকদবগী উনবী পুক্নিং শুম্না বুদ্ধি লৌশিং মাংলবগী মায়া কালমৃত্যু চংলক্লবগী চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনদি শ্রীভাগবত অথোইববু থোইমা নমুক্লরে। মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি তাংজা মক লুক্, উনবী পুক্নিং চেৎনা শ্রীভাগবত অথোইববু পুক্নিং থোইথৈ তানা নাতাজথিএ। চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনদি কাম পুক্নিং মৈচাক তেনপাম্নবগী নিংথৌ শমু মহাকশাংবু ইন্দ্রি থুহুম চম্না পুক্নিং লাক-শিনববু ভমদরবগী সভা ম'য়াম পুন্নমকপু উনবী নিংশিং লৈত্তনা মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবাবু উনবী পুক্নিং থম্না মিৎয়েং শানথৈরে। নিংথৌ পুক্নিং লাংতক্লনা হে ব্রাহ্মণ লাইরিক থীরিবশিং-ও, নথোম্নবু শ্রীভাগবত গীতা অথোইবা অহুবু য়োমশিল্লো হায়না রাহম্নবু নাতাম্ন-বদা ব্রাহ্মণ লাইরিক থীরিবশিংনা শ্রীভাগবত অথোইববু য়োমশিল্লে হায়দব্রা? চন্দ্রকেতু নিংথৌদি মশানৌ চন্দ্রাবতী মহারাণী নিংথিবীবু শমু থুংশম্লনা সনা য়োইকোম্ রদা হনজিনথিরে হায়দব্রা?

রাযম অসি মতুংদা চন্দ্রাবতী মহারাণী অহেনবীনা নিংথৌ

উনবী পুক্লিং থাংলবগী য়াথং ভক্তি তৌ, প্রেম ঈচেন্না হায়জখিএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, শমু নহাকশাংবু পূণ্য মতুম অথোইববু ওইরিবা-ও, পিজ পায়দা, পিনা হাপয়েংদনা গুণ নত্তিক অচৌবনা কোন্নোই নমিং চংলিবা হে নিংথৌ অথোইবা নংনা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু তৌমন্নরিবা অসিদা কর্ম্ম থৌরম নংতববু তৌরিবা অসিবু নিংথৌ নত্তিক নত্তে। একাদশী চাকহেন অরুবা অসিবু ব্রত চাকহেন খৈবিকী রাজা নিংথৌরেম্নে। চাকহেন অস্থুম্বা তৌরিবৈভদি লোভ, মোহ, কাম, ক্রোধ মরম অয়াম্বা অসি খৈবিকপু লাপ্না হুনলানবৈভনে হায়না নিংথৌ সনা মথোংথাদা য়াথং ভক্তি তৌনা খুররজখিএ—হে নিংথৌ ইবুংঙো অথোইবা-ও, ঐবু ভয়ুম ননাই ওইরিবীনে। হে স্বামী ইপুরোইবা-ও, থয়াই ঐগী ইমিরেনস্থং নহাক্কে। য়ারম অসি থংনা কোরৌ হুমিং গুসি হয়েংদবু ভাকপিও। ঐনা য়াথং ভক্তি তৌজবা অসিবু পুক্লিং মতুং ইন্না লনকুবিও হায়বং নাতারবদা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা হায়জখিএ—হে থয়াই ঐগী চানবী-ও, নংগী য়ারম অত্থুবু অমরক হন্না হায়রগনো। কাম পুক্লিং মৈচাক ওইনবা অসিদা তিল থোইদিং মথায় মরুমদবু ভাকপা ভয়রোইও হায়না চন্দ্রকেতু নিংথৌরেম্না য়াথল বিচার তৌহুনা শমু খুংগুমখিনা শৃঙ্গার রসবু নিংথৌ পুক্লিং থুংনা চারবা মহাক্তবু চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু ধ্যান পুক্লিং কায়দনা মনিংএ চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনদি কোরৌ হুমিং অহুমথৈগী ধ্যান পুক্লিং কায়র বনিগীনা আয়ু পুন্সি মরেং তানা লাইথুং পোৎলুম চংনা কোরে নোংজা খুদিংবু অনা লাইথুং চাওথংলক্রবগী নিংথৌ অনা নাহে থোই হুকচাং মউ চোক্‌, চারম থকে নিংহন্না য়েন্নম মথেল য়াহবু চানিংঙনক্কে

পলেম পিশোল্লক পঙ্থৌ পাশোল্লকলে। থোইদৌ মিহন চাওরক্লবগী একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়রবনিগীনা মহাপাপ অচৌবনা চাহৎলবগী চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনদি মাগৎ ঙুশিং অকনবনা ছুমথৎ-লক্লবগী শিংলি পাকল তিংনা থম্মাল লৈকা তেক্লা নোংমনথিরে হায়দ-ত্রা? মহাপাপীবু ওইরবনিগীনা মাগী দেশ লৈবাক অচুদা অলক্ষ্মী য়ৈথারববু থংলক্লবগী দময় নিত্তি ধর্ম্ম অথোইববু মাংথিরবদা লৈবাক য়ায়েল নাইদনা নমু কনাগুম্বগী মরনবু মুমরক্লে। লক্ষ্মী লাইরৈমনা লৈতরবগী লৈবাক ময়েং তানা অমন থরৈ কুম্ববু য়ামশিল্লকলবনিগীনা গুরু সেবক থংনদা, য়াথং ওমজ-ওমথক নাইদনা ব্রাহ্মণ-পণ্ডিত পুম্নমকস্মুং নিত্তি ধর্ম্ম অথোইববু ছনজেক্লবগী অকর্ম্ম থৌরম নংভববু য়াম্না তৌশিল্লকলে। পঙ্থৌ মপা-মচা থংনদরে, নিংথৌ মাগী সনা য়োইকোম্বংস্থু মংলেন মতম মানগুম্নে। চন্দ্রকেতু নিংথৌ মহাকস্মুং মহাপাপী ওইরবনিগীনা থরাই মমিরেনবু যম মথুবাক্তা চনথিরে হায়দত্রা? চন্দ্রাবতী মহারাণী নিংথিবীস্মুং চিংগু বিধি নোংদমথোনবু ছেনকদবগী-সত্তী লমচৎনা, ধ্যান পুক্লিং কায়দনা নিংথৌ মতুং ইন্না নোংমনথিরে হায়দত্রা? চন্দ্রকেতু নিংথৌবু য়াংলৌ লমথাংদা ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না যম থোংলোই কত্তবশিংদো শমু মহাকশাংবু হকশাং মওং নাইদা তাংজা মরাইবকস্মুং থুইএ, চেংলৌ মমিংস্থ ঙাংএ, শমু মহাকশাংবু শরা তুরৈ হঙৎনা পালএ। হকশাং মতু চোম্না পুক্লিং অকীবা মশক ওইরিবা অচুশিংনা য়োংগুক, ফুংগুক অনিমকপু শমু থুক্তা গুনা শউন থৌরীনা চন্দ্রকেতু নিংথৌরেনবু পুমরবদা চন্দ্রাবতী মহারাণী নিংথিবীগা অনিমকপু যম মথোংজিন্দা পুশিনখিরে।

ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌনা চন্দ্রকেতু নিংথৌবু উরবদা চিত্রগুপ্তবু য়াংনা পাওকৌরবগা পাওহংথিএ—চন্দ্রকেতু নিংথৌগা চন্দ্রাবতী মহারাণীগা অনিমক অসিনা কর্ম্ম থৌরম করম্বব্ তৌরকপনো ? য়ারম মথৈ কংনা মাগী মাগী পাপ পূণ্য মরম মথন্না য়ায়েল বিচার থায়না হায়-ও হায়না ধর্ম্ম নিংথৌরেন্না পাওহংলবদা চিত্রগুপ্তনা পাওথুমথিএ— হে নিংথৌ অথোইবা-ও, য়ারম মথৈ কংনা হায়রকে। উনবী পুক্নিং ভন্না নাতাবি-ও। চন্দ্রকেতু কৌবা নিংথৌ অসিবু থাইনা লহান মাংদা পূণ্য ধর্ম্ম য়ান্না তৌরমএ। চন্দ্রকেতু নিংথৌ অসিগা মশানৌ চন্দ্রাবতী মহারাণী অহেনবীগা অনিমক অসিবু থাইনা লহান মাংদা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবব্ তৌনা খাইমোম লাইবু নিংলমএ। প্রজা লৈবাক পুম্নমক্তা পিজ পামুদা, ানা, হালেংদা লৈবাক পুম্না য়োকএ। থ্যান পুক্নিং কায়দনা মতম নোংশাং কুইনা ব্রত চাকহেন অরুবব্ তৌরমএ। কোরৌ নোংজা থূদিংবু রাজ-সভা মীয়াম তিন্না শ্রীভাগবত অথোইববু নাতাইএ। পূণ্য হকওইশাংনা ভক্তি লমচং-নয়মএ হায়না পাওতাক্লবদা হে নিংথৌ অথোইবা-ও, চন্দ্রকেতু নিংথৌ অসিনা মহাপাপ অচৌবব্ ওইবা অমবু নিংথৌ শমু মহাকশাংদা নৈরেগে। পাপ মতৌ করম্বনো হায়রবদি নিংথৌ চন্দ্রকেতু অসিনা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবব্ তৌনা শ্রীভাগবত অথোইববু সভা মীয়াম তিন্না নাতাইএ। নিংথৌ মহারাণী অনিমক অসিশুং সনা সিংহাসনদা কন্না প্রেম-ভক্তি চৈরোইননা অশুম নাতারিঙৈগী মতম কাল অতুদা চিংতু বিধি নোংদমথোনবু হেনকদবগী নিংথৌ শমু মহাকশাংদা বিন্নি য়ৈথায়ববু চংলক্লবগী নিংথৌ থমোই লকাক্নদা কাম-মান্না তেনপান অকনবনা পান্নবগী সভা মীয়াম তিক্লিবা পুম্নমকপু

খোইরা নামুক্ননা পাওমেন্নকএ—হে ব্রাহ্মণ বেদ লাইরিক হায়রিবা-গ, শ্রীভাগবত অখোইবা অতুবু য়োম্মশিক্লো হায়রম্নবগা চন্দ্রকেতু নিংথৌ অসিনা চন্দ্রাবতী মহারাণী অসিবু শমু খুৎশয়না লনা য়োইকোর্‌ংলো চংলক্লবদা নিংথৌ পুক্লিং থংলবগী য়াথং ভ'ক্ত তৌনা হায়জববু হোইরাবিদনা শমু খুৎতম বিন' উনবী পু'ক্লিং থু'না শৃঙ্গার রস চারবগী লৌশিং য়াথল লৈতনা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়রকএ। চন্দ্রাবতী মহারাণী অসিদি সত্তী লমচংনবা পুক্লিং খুতম হোংদনা ধ্যান পুক্লিং কায়রক্কে। নিংথৌ মতোমতনা মহাপাপপু তৌরকএ হায়না পাওতাক্লবগী ধর্ম্মর'জ যম নিংথৌনা নাতারবগী হে চন্দ্রকেতু নিংথৌ-গ, মহাপাপী ওইবা অসিবু করম তৌরকপনো ওহ্নোকএ। নংগা মায়বু সংসার পুন্নমক অসিদা মহাপাপ ওইববু কনা লৈতরবা অতুনে। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অতুবু কায়রবদি বেদ পুরাণ পুন্নমক্তা হায়রিবদি নমু মীবু ওইনা পোক্তরে হায়রিএ। থৌরম মতৌ অসুম তৌরবা মহাক্তবু লহান মাংদা পূণ্য মহৈ তৌরম্বা অতুনা পোস্বী লংজাগী মপোক ওইনা পোকলু-গ। আহার নংগী নচিন্নাকপু কাওরেন যণশা চানা প্রাণ থয়াই ভাক্লক-গ হায়না য়াহন্নবদা চন্দ্রাবতী নিংথিবীবু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না কৌশিন্দনা পাওমেন্নকএ—ভাগ, ভাগ, হে চন্দ্রাবতী-গ, ঐনা হায়রবা য়ারম অসিবু নিংথৌ নংগী নপু-রোইবা অসিদি লংজা মপোক ওইকখিলমু। হে মহারাণী অহেনবী, নংদি মালেম ভাইবংপানবদা অমুরক হন্না নমু পোংবু ওইনা পোকলু-গ। শমু নহাকশাং অসিবু সত্তী লমচংনবগী মহাপাপপু ভিল' থোইদিং মথায়মরুমদবু লৈত্তে। নিংথৌ নপুরোইবগী মহাপাপ মতুং ইন্না লোইনরকপনে। অসুম লোইনরকপস্থং শমু নহাকশাংদা

মহাপাপপু লৈতে। জাতিস্মরী মপোক থংনা রাজা নিংথৌমচা ওইনা পোকলু-ও। অমুম পোক্লবদা নংগী সতী ধর্ম্ম মতিক গুণ অচৌবনা নিংথৌ মপুরোইববু অমুরক লানবিরো। হে চন্দ্রাবতী অহেনবী-ও, ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌ ঐগী কোলোই ইমাথং মাংকরোইএ হায়না পাও-মেনববু নাতারবদা নিংথৌ মতৈ-মনাও অনিমক্তি যম মথোংজিন্দগী শমু থুংশয়না হনরাইরক্লবদা মাংলৌ লমথাংমদা চন্দ্রাবতী নিংথিবীনা কোলোই অমেংববু মাথং হিকহায়নদা প্রেম-ভক্তি চৈরোইননা মাথং লৈশি-লৈথোম্না পাওমেল্লকএ। হে নিংথৌ ইপুরোইবা-ও, থম্নাই ঐগী ইমিরেনগী লল ওইরিবা-ও, বিধি নোংদমথোনবু হেনফদবদগী থোক্লরমনে, পুক্নিং করি মাক্লরগনু হায়রবদা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা মশানৌ চন্দ্রাবতী অহেনবীবু মাথং ভক্তি তৌনা হায়জখিএ—হে মহারাণী নিংথিবী-ও, নংদি সতী পুক্নিং লেপ্পা ধর্ম্ম লমচৎ কায়দনা পুণ্য হকশাং ওইবগী ধর্ম্মরাজ যম নিংথোনা তাইবং নমু পোংবা চাগী রাজা নিংথৌমচা ওইনা পোকলু-ও হায়রকএ। ঐদি লহান নংগী কোলোই নয়াথংবু মারম চানদবগী মহাপাপপু ওইরবনিগীনা পোম্বী লংজা মপোক ওইনা পোকলু-ও হায়রকএ। হে ইবেমা-ও, নংগী মতিক গুণ অচৌবনা ঐবু অমুরক হন্না লানবিরো হায়ববু নাতারবদা চন্দ্রাবতী নিংথিবীনা পাওথুমখিএ। হে নিংথৌ ইপুরোইবা-ও, লহান নংগা ঐগা নিংলম্বা একাদশী ব্রত অক্লবগী মপু ওইরিবা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুরেন মহাকৌ মরনকুদগী তমুম ননাই ওইববু তন্দনা লল কুবিসনু হায়না মাথং মুংওল-মুংশি রাবু হায়নখিএ।

চন্দ্রকেতু নিংথৌদি পোম্বী লংজা মপোক ওইনা চৎথিরে। ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌগী মাথং মতুং ইন্না কাওরেন মপশা চানা নিতি

লমচৎ ওইনখিএ হায়দত্রা ? চন্দ্রাবতী নিংখিবীদি মালেম ভাইবং-পানবদা নমু পোংগী রাজা নিংখৌমচা ওইনা পোক্লরে। চন্দ্রকেতু নিংখৌনা শুন্দলী লৈবাক কৌবা অহুদা লৈখিরে। চন্দ্রাবতী অহেনবী-দি বিদর্ভ নিংখৌরেনগী লৈবাক মুংভাইবদা নিংখৌমচা ওইনা পোকলু-রবগী মচা সিজ ওইনা লৈখিএ। শুন্দলী লৈবাক কৌবা অহুগা বিদর্ভ লৈবাক মুংভাইবগা লৈবাক অনিমক্তা লাপ্পবদি মুখক লিশিং অমা লাপ্লেএ। চন্দ্রাবতী মহারাণীদি লহান মাংগী জাতিস্মরী মপোক থংনা মরৈরবগী মপুরোইবা চন্দ্রকেতু নিংখৌবু ধ্যান পুক্লিং কাওদনা মরৈরিএ। মানা নিংবা লাইনিংদি লহান মপোক অমরক্তা তৌরকপা একাদশী ব্রত অরুববু তৌথংলক্লে। সন্তী লমচৎননা থেলা-লীলা শান্নবনচিংনা মতা খুলপোইদা, মনম হেকমাই কানা শান্না তৌইতাও য়াওরুদনা ফম্বী মফম অচিকপদা ফম্না নিংখৌ মপুরোইববু ধ্যান পুক্লিং কায়দা, উনবী পুক্লিং লেপ্পা নিংদনা মরৈরবগী মতৌ অহুবু উরবদা খোইনৌ মতারোইনা তিনবীশিংনা পাওমেন্নকএ। হে নিংখৌমচা ইবেম্মা-ও, নংনা শিঙেল লৈ চিন্দা, নতা খুলপোইদা, পানম হেকমাই কাদনা চৈরৈ নিংখিবা মানলো চুনববু শেৎতনা শিঙেল নচু থাও, লৈরাং নরাক চান্না, শান্না তোইতৌ য়াওদরিবা অসিবু করিনো হায়না পাও-হংবব লৈমা নিংথিবী অহুনা পাইমা মাগী উনগোইনুংদা পুক্লিং মৈচাক পোৎলুম পুরিবনিগীনা কোলোই পাওখুম পিরক্লববু উরবগী বিদর্ভ নিংখৌরেন্না পাওহংলকএ—হে ইমোম ইবেম্মা-ও, নংনা তৌরিবা অসিবু পঙ্গৌ নপা ঐনা থংবা ঙমদরে। নিংখৌ ঐগী সনা য়োই-কোন্নুং অসিবু চিংভু ইন্দ্র সরারেনগী সনা য়োইকোন্নুংগুম্বনে। সনা-লুপা-হেরা-মণি-মুক্তানচিংনা লৈপ্লিবা অসিবু পুক্লিং করি বাংপগী পুক্লিং

চিন্তা তৌনা করিনী পাওথুমদরিবনো হায়না পাওহংখিএ। নিংথৌ ঐগুথনী ইচাদি ননাই-নশন, সনা-রূপা, ফিগে-ফিরাং মশিং থিওমদনা লৈরিএ। চৈরৈ নিংথিববু শেংঙনা থোইনৌ নত্তা লেংনা তিনবীশিংগা পুক্নিং হরাওথোইনা শান্নউনে। করিনী শাম্নদনা নিংথৌ ঐনক্সুং ঙমদবা থৌবু একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু নংনা তৌরিবা অসিবু নমু কনাগুম্বনা পাওতাকপনো? হকচাং মরেং-তা, মাইথোং চরম কং, শিওল লৈ চিন্দা, চিন্তা পোংলুম পুনা চৈরৈ নিংথিবা, লিক্লাং কোলকাবা অসিবু করিনী শেংতবনো থুনা পাওতাক-ও। নপন ঐবু হে ইমোম নিংথিবী-ও, চেংলৌ নশক রেংবদা মুংশি পুক্লুং চংনা মুংওল থোইবু কাইএ হায়না পাওহংববু নাত্তারবদা নিংথৌমচা নিংথিবীনা মুংশি থোঞ্জেল মুংনৌ চৈরোইননা পোম্বী কোকিল থোনদানা কোলোই অমেংবা রাথং অথুম্বনা পাওথুম্নকএ—হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোই-বা-ও, ননাই ঐনা তৌবা থোরমবু কদৌবা হংবনো? মানা মানা নিংবা পুক্নিং মতুং ইন্না তৌজরিবনে হায়না পলেম-পম্বৌ অনিমক্তা রাথং ভক্তি তৌনা পাওথুমখিএ। অম্তুম পাওথুম্নবগা লৈমা চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি নিতি লমচৎ মহৌশাবু কায়দনা সনা য়োইকোম্বুংগী কপ্পী মকম মহৌশাগী অচিকপা অন্থুদা পুক্নিং মহৌশাবু ধ্যান লাইনিং কায়দনা মরৈএ। শুন্দলী কৌবা লৈবাক্তা লৈরিবা চন্দ্রকেতু নিংথৌদি মহাপাপ অচৌবা অন্তুনা লৈমা মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবীবু পুক্নিং নিংশিং লৈতনা কাওরেন যপশা চানা মুংঙাই মরাং কায়না মরৈরে।

বিদর্ভ নিংথৌরেনদি মমোম লৈমা নিংথিবীনা কোলোই পাও-থুমদনা লৈরিবনিগীনা উনবী পুক্নিং ওক্, মুংবং ঔরৈ চন্না পাইমা

উনগোইমুংদা নিংখলখিএ। ইমোম অহেনবী অসিবু যুবতী মথোক কারক্লে, পুক্নিং মতানবা কনাগুম্বু লৈরিগন্না হায়না রাখলখিএ। য়োইবু মশানৌ মহারাণীগা অসুম রাতাম্নবদা পলেম-পম্বৌ অনিমক্তি মমোম নিংখিবীগী শমু নাক্তা চংলক্তনা কোলোই নিংখিবা য়াথং অমেংবনা পাওহংখিএ—হে ইমোম ইবেম্মা-ও, নপন ইবিংতানা পাওহংবা অসিবু পাওথুম্নক-ও। পাইমা নংগী উনগোইমুংদা পুক্নিং নাত্তানবু লৈরবসুং থংহল-ও। পুক্নিং অতুগুম্বু লৈতরবদি নপন ঐনা শিংতেল নত্তিক্না লৈরাং নপানবা আহু নিংথৌ কোবা অতুগী মচাবু নপা ঐনা কৌরুদনা কন্যা বিবাহ লুচোংবিগে হায়না পাওহংল-বদা মমোম চন্দ্রাবতী নিংখিবীনা কলচাও মুংশি প্রেম চৈরোইননা থোইমা নামুক্ননা পাওথুম্নকএ—হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, নচা নংনা পোকপদা কোলোই য়াথং অসুম্না পাওহংবদি হৌনদে। নমোম নংনা পোকপনে হায়না য়াথং রারম ইত্তিক্নদবু করি পাও-হংবনো? ঐগী থরাই ইমিরেনবু ওইরিবা নিংথৌ ইপুরোইববু লৈরিএ। অতু লৈরিঙৈদা হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ নংনা আহু কোবা নিংথৌগী মচাবু কৌরুদনা বিবাহ লুহোংবিগে হায়বা অসিবু য়াথং অমরক হন্না হায়বিগনো। ঐগী নিংথৌ ইপুরোইববু লৈএ হায়বা অসিবু সংসার পুম্নমক্না থংলিএ। হে ইপা নিংথৌ-ও, নমাং শংশংবা অসিদা রারম মথৈ ফংনা হায়রকে। উনবী পুক্নিং তপ্না নাত্তা-ও। ঐনা হে ইপা নিংথৌ-ও, নংগী নচা ওইনা পোক্নবা অসিদি শিরাপ মীচৈনা পোক্নবনে হায়ববু নাত্তারবদা বিদর্ভ নিংথৌরেনদি লৱাই মাগী কোইরেনথক্তা কোরৌ নোং-শিংজংনা তারকপগুম উনবী পুক্নিং শুক্না নিংখলখিএ। মমোম নিংখিবী অহুদা য়াথং অমরক হন্না

পাওহংখিএ—হে ইমোম নিংথিবী-ও, নপন ঐনা বিবাহ লৌহোংখিববু লৈথিদৱিএ। নংনা নিংথৌ নপুরোইববু লৈএ হায়বা অসিবু য়ারম করিদগীনো ? থৌরম অমশুং নংনা নপন ঐগোন্দা শিরাপ মীচৈনা পোক্লকএ হায়বা অসিবু য়ারম মথৈ ফংনা হায়বি-ও হায়রবদা মপন কোলোই ময়াথংবু নাত্তারবদা হে পম্মৌ ইপা ইবুংঙো-ও, পাইমা পুক্লিং তপ্পা নাত্তাবি-ও, থৌরম পরেং শিন্না পাওতয়ককে। ঐগী ইপুরোইববু চন্দ্রকেতু কৌএ হায়ববু সংসার পুম্নমক্কা থংলিএ। শাগৈ মচেংপা মচাদি চন্দ্রবংশ শাগৈরেয়ে। শমু মহাকশাংবু পূণা মতুম ওইএ। প্রজা লৈবাক পুম্নমকপু পিঙ্গ-পামুদে, পিনা হালয়েংদে ; মতিক সমুদ্র ঈরেনপুংগুমএ। কোরৌ নোংজা থুদিংবু একাদশী ব্রত অরুববু তৌনা শ্রীভাগবত অথোইববু নাতাইএ। জপ-তপ-হোম-যজ্ঞ তৌনা ঈশ্বর মপুরেনবু ধ্যান পুক্লিং লেপ্পা তৌরম্বা অদুগী পাতেশ্বরী মহারাণী ওইরম্ববু ঐনে। কোলোই ইমিংথোংবু চন্দ্রাবতী কৌবদি ঐনে। অদুগুম্বা নিংথৌ ইপুরোইবা অদুগা একাদশী ব্রত অচৌববু তৌরমএ। অস্থম তৌমিন্নরকপদগী চিংঙু বিধি নোংদমথোক্না ব্রত চাকহেন অরুববু কায়রবনিগীনা মহাপাপ অচৌবনা চাহংলবগী যম মরৈবাকপু ইস্তানথিরবদা ঐহৈং চন্দ্রকেতু নিংথৌ ইপুরোইবগী মতুং ইন্না নোংমল্লবগী যম থোংলোই ফত্তবশিংনা নিংথৌ ইতৈ-ইনাওবু শউল থৌরীনা পুন্না ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌগী শমু মাংদা থানা পুশিল্লবদা ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌনা চিত্রগুপ্তবু কৌরুরদনা পাওহংখিএ। হে চিত্রগুপ্ত-ও, মবিংগী পাপ-পূণ্য মরম থায়না হায়বি-ও হায়ববু নাত্তারবদা চিত্রগুপ্তনা পাওমেল্লকএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, চন্দ্র-কেতু কৌবা নিংথৌ অসিবু মহাপাপপু য়ান্না তৌরুবা নিংথৌনে-

মাল্না তৌরকপা থৌরমদি একাদশী ব্রত অরুববু কারবক্লবগী শমু মহাকশাং অসিবু মহাপাপ অচৌবা অতুনা হায়বা ওমদরবা অদুনে। মাগী মুপী অসিদি সত্তি লমচৎনবগী মহাপাপ অরুববু লৈতে হায়ববু নাত্তারবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌয়েম্না হায়রকএ—হে চিত্রগুপ্ত, নংনা হায়রিবা রারম অসিদি চন্দ্রকেতু নিংথৌ অসিদি অপরাধ লংজবনা মহাপাপ অচৌববু ওইরবনিগীনা পোম্বী লংজা ওইনা পোক্লুরসনো হায়থিরবগী পোম্বী লংজা ওইনা পোকথিএ। ঐদি বিদর্ভ নিংথৌ নভোন্দা পোক্লু-ও হায়না পোক্লবা অসিনে হায়রবনে থংও। হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, রারম শোরিববু নত্তে। কোলোই য়াথং অচুম্বা মহাক্নে, লেপ্পা থাজো-ও। হৌজিক্কি নিংথৌ ইপুরোইবনা লৈবা গুন্দলী লৈবাক কৌবা অদু তাম্না হে ইপা নিংথৌ অথোইবা-ও, থুনা থিনবিও, য়াথং অয়েপ্পা মহাক্নে। অদুবু থিনবিদরবদি পলেম-পম্নৌ অনিমক-ও, নবিংঙাগী নমাং শংশংবা অসিদা ছুরি ইথুংগুনা থম্মোই ঐগী লকাপ্তংদা থিন্দনা নোংমল্লগে। নচা হাংপা মহাপাপ অথোইববু পুক্ত গনে হায়রবদা মচা য়াথং অয়েপ্পা অদুবু নাত্তারবদা নিংথৌ—মহারাণী অনিমক্তি উনবী পুক্লিং ওক্লা লৈবাক পাত্র-মিত্র অওম্বা পুন্নমকপু পাওকৌথংলে।

লৈবাক পুন্না তিল্লবদা মমোম চন্দ্রাবত্তী নিংথিবীগী কোলোই ময়াথংবু য়াথং পয়েং শিন্না পাওতম্লবদা বিদর্ভ নিংথৌ অথোইবা পাত্র লৈবাক কোয়বাশিং-ও, রারম মত্তৌ করম তৌসিবনো হায়না পাও-হংববু নাত্তারবদা লৈবাক পাত্র অওম্বা পুন্নমক্না পাওথুম্নকলে—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নমোম শিঙ্গ ইবেম্মা অদুগী নিংথৌ মপুরোইববু পোম্বী লংজা ওইথিএ হায়রবদি কনানা থং সিবনো। থংঙম্লোইএ।

লৈবাক নিংথৌ পানবা খজিক্তম্বুং য়ারম অস্থুম্বদি তাথোক্ত রিএ। তাইবং নমু পোং ওইবনা পোম্বী লংজাবু মওইএ হায়বা অসিবু উনবী পুক্লিং য়াথলজরুদে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নমোম ইবেম্মা অত্তগী চিঙ্গোই ময়াথংবু লৈবাক মীয়াম তানা য়াথলনসে হায়না পাওখুম্নবদা বিদর্ভ নিংথৌরেম্মা হায়রকএ—হে পাত্র অভম্বা-শিং-ও, ইচা শিজগী নিংথৌ মপুরোইবদি গুন্দলী লৈবাক অত্তুদা লংজা মপোক ওইনা লৈরিএ হায়ববু লেপ্পা ঐনা থংলে। য়ারম অচুম মহাক্লে। তৌজিন্দ্রি লৈবাক অত্তুবু য়েনা খিনবিদরবদি ছুরি মথুং-তুনা থম্মোই লকাম্নুংদা খিন্না নোংমল্লগে হায়না য়াশক্লে হায়ববু লৈবাক অয়াম্বনা নাত্তারবদা হে নিংথৌ ইবুংঙো অথোইবা-ও, নচা ইবেম্মা নিংথিবীনা প্রাণ থরাই থানা নোংমল্লগে হায়বা অয়েপ্পবু ওইরবদি শামী-লাম্মী পুম্নমক্তা নচা ইবেম্মা নিংথিবীগা লোইননা লৈবাক অথাম্বা পোম্বী লংজানা লৈরিবা অত্তু তাম্না চংহনসে হায়না লৈবাক অভম্বা পুম্নমক্ত নিংথৌ সনা মথোংথাদা য়াত্তানখিএ। বিদর্ভ নিংথৌরেনদি উনবী পুক্লিং থুংনা হয়াওখিএ হায়দত্রা ?

মন্ত্রী অভম্বচিংনা মমোম চন্দ্রাবতী অহেনবীগা লৈবাক পুম্নমক্তা লোইননা গুন্দলী লৈবাক তাম্না চংকদবগী থেনলেন পুংজা থল্লবদা চন্দ্রাবত্তী নিংথিবীদি মপা নিংথৌ, মমা মহারাণী অনিমকপু য়াথং লৈশি-লৈথোম্নমা ভক্তি প্রেম চৈয়োইননা য়াথং হিকহায়ননা শয়েন স্নেং-ওই তরেংলক কোয়না থুরম্নবগা য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিএ—হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, হে পলেম ইমা মহারাণী অথোইবী-ও, পলেম-পম্থৌ নবিংতানা নমোম ঐগী উনবী পুক্লিং থুংনা য়াইফনবা পুক্লিং মতুং ইন্না নিংজরিবা অসিবু নিংথৌ

ইপুরোইববু চেংলৌ শকউনববু য়োন্দনা ললকুবি-ও হায়জখিএ। মমোম নিংথিবী অচুগী চিঙ্গোই ময়াথংবু ভারবদা বিদর্ভ নিংথৌরেনগা য়োইবু মশানৌ মহারাণীগা অনিমক্তি মমোম নিংথিবীগী চেংলৌ মশক য়েংনা মুংশি পুক্লিং কায়, মুংওল থোইহোং থম্মোই মৈচাক থোইনা মিকপখিএ। হে ইমোম চেংলৌ শকহেনবী-ও, নংবু মাইকৈ অভাম্বা লমদম অথাপ্পা কদায়রমদা চংখিগে হায়বনো হায়না প্রেম ঈচেম্রনা হেকভাই মুংয়েংচেনবু, মিকপখিএ হায়দত্রা ?

য়ারম অসি মতুংদা মমোম চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি সনা দোলাই নিংথিবদা তোংথংলবগা লৈবাক মীয়াম পুম্নমকপু ভাইরোইননা যাত্রা থোংশাম্লকলে। চন্দ্রকেতু নিংথৌ মপুরোইববু চেংলৌ শকউনগে হায়বগী গুন্দলী হায়না কৌবা লৈবাক অতুরমদা মাদং অয়াংববু চৈরোইননা অহিং মুংথিল নাইদনা ইস্তানখিএ হায়দত্রা ? গুন্দলী কৌবা লৈবাক অতুদা য়াইথুংলরবদা মন্ত্রী পাত্র-অঙম্বনচিংলিবা সেনা লাম্মী অয়াম্বাশিংনা চন্দ্রাবতী নিংথিবীদা পাওহংখিএ—হে নিংথৌ মচা ইবেম্মা-ও, গুন্দলী লৈবাক্তি য়োরক্লে। নিংথৌ নপুরোইবনা লৈবদি লমদম কদায়রাইদনো হায়না পাওহংলবদা চন্দ্রাবতী অহেন-বীনা পাওথুম্নকএ—হে ইপু মন্ত্রী অঙম্বনচিংলিবা সেনা লাম্মী অয়াম্বা হে ইপুশিং-ও, য়েংও, য়েংও,—শমু ঐনা খুৎনা থিনবারম মিৎয়েং শান-থৈ-ও। চৌংলেন পনলংলাগী মতমগুম্না উরিবা উমং অচৌবা থোংনাং চাওথোইবা অচুগী ভলা উথোংথাবু য়োনা দোলাই থুনা পুশিনবি-ও। পামেল উতোনথক্তা নিংথৌ ইপুরোইববু লেপ্পা লৈঙমৌনে হায়না পাওভাক্লববু নাভরবদা মন্ত্রী অঙম্বা মহাক্না শামী-লাম্মী পুম্নমকপু থুনা থৌজিনখিরবদা পামেল উমংলেন অচুগী ভলা উথোংথাদা য়াই-

থুংলবগী চন্দ্রকেতু নিংথৌ পোম্বা লংজা ওইনা পোকপুবা অহুদি পামেল উত্তোনথক্তা লৈগুমবু মন্ত্রী অহুম্নচিংনা খান্নী-লাম্মী পুম্নমক্তা চেংলৌ মিংপু থিংনা মিংয়েং শানথৈরে। চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি থরাই মাগী মমিয়েন নিংথৌ মপুরোইববু লৈগুমবগী পুক্কিং থম্মোই কায়না সনা দোসাইথক্তগী মালেম লৈদা তানা য়াম্থিরে হায়দত্রা ?

হাইহৎ লৈকাই তুরুবদগী উনবী পুক্কিং শিংলক্লবদা মালেম লৈমাইথক্তগী হৌগৎলক্লবগা চন্দ্রকেতু নিংথৌ মপুরোইববু চেংলৌ মিংনা য়েংনা য়াথং লৈশি-লৈথোনজখিএ—হে ইবুংঙো নংবু চন্দ্রকেতু কৌবা অহুনে। পোম্বী লংজা ওইনা পোক্লবগী নমু মীরোন থোক্ত-রবম্নং চেক্লা নহৌশাগী য়ারা নথোঙ্গেনবু থোক্লা পাওথুমবিরক-ও হায়রম্লবগা তাংজা মশম কা, শম্নাং ফাদাননা প্রেম চাইজি মরাং হৌ, হেকত্তাই মুংয়েং চেংনা, মুংওল থোইবু হোংনা মালেম লৈমাইথক্তা অমরক য়াম্থিরে। য়াথং অনৌবা অমরক হন্না পাওমেনজখিএ—হে ইবুংঙো থরাই ঐগী লল ওইরিবা নংবু চন্দ্রবংশ শাগৈরেন্দা নিংথৌ নতিক গুণ অচৌবনা লুমিং য়াইরংচানগুম ভাগ্না সংসার পুম্নমক্তা থংলিবা অহুনে। হে ইবুংঙো, নংগী নতিক নঙান অচৌবা, রূপ-গুণ চংথোনববু হে ইবুংঙো, নংবু ঐনা হায়জবনে। চন্দ্রাবতী কৌবা ঐবু লহান নংগা পানমম্নগী পাতেশ্বরী মহারাণী ওইরম্বী অহুনে। হে চন্দ্রকেতু কৌবা নিংথৌ ইবুংঙো, তা-ও, করম্না থোকাওরবনো কল্লকএ। য়োইবু নশানৌ ঐদি নংগা ঐগা থায়নবগী মথৈবু মুংশি-মৈচাক থম্মোই তেনপাম্লবগী হকশাং ইয়েং তা, থৌরি ওকোই চেং, চাইরং মচি য়াংনা হে ইবুংঙো নংগী শমু নথোংথাবু য়োনা ইস্তানজরকপা অসিদা পোম্বী উচেক ওইরম্লবগী নমু মীরোল থোক্তনা কোলোই

পাওখুম ওনদবা অশিবু মতৌ করম তৌসিবনো কনকএ হায়না মিকপখিএ। হে ইবুংঙো-ঙ, নংগা ঐগা থায়নথিবখু চহি কুমথরেং ওথিরকবু ঙসি কোক্কৌ মুক্কিং অসিদা চেংলৌ শকউনবগু কোপোই করিগী পাওথুমথিদবনো? নশানৌ ঐদি, হে ইবুংঙো, নংগী সনা খুম্না থম্বাল মিংথিবগু তানকংজরে হায়না য়োইবু মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি তাংজা মশমজিবু শম্নাং কাদাননা থিক্লেন থাবু কুনা মালেম লৈদা ওম্না মিকপ্পবদা য়াথং হিকহায় হিকহায়ননা হে ইবুংঙো নংবু পোম্বী মশক ওইনা লৈতম্নবনো কনকএ হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা খুরুমজথিএ। চন্দ্রাবতী অচুম্বীদি প্রেম ঈরাং হৌবনা হকশাং পুম্না চোং, শিঙেল লৈনা খুইশুম্না মিকপ্পবু মুংশি মথৈ লৈতা, মুংওল মতৌ ওম্মোকপা অতুবু পোম্বী লংজা চেক নিংথৌনা নাতারবগী লহান মাংগী জন্ম মপোক অমরকী থৌরম তৌরম্বা থৈবিকপু নিংশিংজুরবগী পুক্লিং থম্মোই কায়, প্রেম ঈচেম্মনা পামেল উতোনথকী সেনা লাম্মী অয়াম্বগী শম্মু মমাং শংশংবদা মালেম লৈদা তারক্লে। চন্দ্রাবতী মরমচং অতুনদি ভৃঙ্গ থোইমু লৈপাম্বগী মতম্মগুম্নে। চন্দ্রকেতু নিংথৌ পোম্বী লংজা ওইরিবা অতুনা থম্বাল লৈরিক অথুম্বগী লৈরাং মতম মানগুমএ। নিংথৌ মতৈ-মনাও অনিমকা প্রেম মুংশি চৈরোইনবা অসিবু **গোপী-চন্দ্র পণ্ডিত** ওইথনা পদবন্দ য়াহায় ওইনা লেংলমএ।

চন্দ্রকেতু নিংথৌ পোম্বী লংজা ওইরিবা অতুবু লাম্মী মীয়াম-মাংদা চন্দ্রাবতী সতী অমেপ্পীনা নিংথৌ মপুরোইবগী সনা খুমাক্কেনবু তাংজা মাগী লুরেনতোম্মা কংচথিএ। চন্দ্রাবতী নিংথিবীনা মিকপ্পবু পোম্বী লংজা নমু মীরোম খোক্তবা অতুদি চেংলৌ মিংনা য়েংলো মুংওলাথিএ। পোম্বী লংজা অতুনা উমবী পুক্লিং শিংলেক্লবগী চেক্লা

শাগল তুকাং অনিমক্কা য়োইবু মশানৌগী শমু মহাকশাংবু কোয়া মিকপথিএ হায়দব্রা ? শামী-লাম্মী অয়াম্বনা থৌরম মতৌ ওম্বোকপা অহুবু উরবদা মতোম মতোম মিকপথিএ। চন্দ্রাবতী অহেনবীনা মাংলেম লৈদা তুনা মিকপ্পবদগী হৌগৎলবগা চন্দ্রকেতু নিংথৌ মপু-য়োইববু চিংোই পাওমেল্লকএ—উনবী পুক্লিং ভম্না ঈশ্বর মপুরেনবু নিংশিং-ও। নংগা ঐগা লহান মাংদা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়রক্লবগী শমু নহাকশাংদা মহাপাপ অচৌবগী থৌরম অয়োনবা অহুনা মতম লোংশাং কুইনা কায়নরুবনে। হৌজিক্তি ঈশ্বর কৃষ্ণ লাইমরুবু নিংশিং-ও, পুক্লিং অয়াববু লেপ্পা কোকচৈভনে। মতৌ পান্দম অমস্তুং থাইনা লহান মাংদা ধ্রুব কৌবা নিংথৌ মচা অহুনা মমা মহারাণীগী মফমদা তাংজা ইকাই নংলববু কৃষ্ণ লাইমরু অসিনা কোকপিথিএ। য়ারম পান্দম্নবা অমস্তুং হিরণ্য কৌববু হাৎতনা মপারি প্রহ্লাদ কৌবা কৃষ্ণ ভক্তি ওইবা অহুবু ঈশ্বর মপুরেন অসিনা লানবি-থিএ। য়ারম মত্তৌ অমস্তুং দ্রৌপদী অচুম্বীবুস্তুং দুর্যোধন নিংথৌরেম্না তাংজা ইকাই নংহল্লববু কৃষ্ণ লাইমরু অসিনা চরৈ ফিগী মশক ওইনা তাংজা ইকাইববু ভাকপিথিএ। য়ারম পান্দম্নবা অমস্তুং গজেন্দ্র কৌবা শামু অহুবু কুম্ভীর লাইরেম্না য়োৎলববু প্রাণ থরাই মমিরেনবু ঈশ্বর মপুরেন অসিনা ভাকপিরকএ। য়ারম অসি থংনা কৃষ্ণ লাইমরুবু উনবী পুক্লিং চেৎনা নিংজৌ-ও হায়ববু নাতারবদা পোম্বী লংজা ওইরিবা অহুনা পাইমা লৌশিং থোক্লরুবগী গোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবগী পাদ সনা থুয়ারেনবু তাংজা লুদা থোংনা থুরুমজরকএ—হে ইবুংঙো গদাধর অথোইবা-ও, নাতাবি-ও। হে ইবুংঙো, শমু ইহাকশাং অসিবু পামেল্ল উতুপ তাগুম পংলবা ঐবু হে ইবুংঙো বনমালী কৃষ্ণ অথোইবা

নংনা লানবি-ও। ইতৌ লমচৎ কত্তবা মহাপাপপু চেনবা ঐবু লানবি-ও। হে ইবুংঙো অনাথ মপু লৈত্তরবা থৈবিক্তী পাজল চৈত্ত ওইবিরিবা শ্রীহরি অথোইবা নংনা ঐবু লানবি-ও। হে ইবুংঙো, ননাই ঐদি মহাপাপ চেন্নবনিগীনা থাইনা মাংদা চাকহেন নংগী অরুববু কায়বনা শমু ইহাকশাংবু মহাপাপকী মতুম ওইরে। হে ইবুংঙো, নংগী থৌজান্না ঐবু লানবি-ও। হে ইবুংঙো, নংবু জগৎ তাইবংপানবগী মপু দেব লাই থৈবিক্তী লুচিংলিবা মুনি-ঋষি লেংনা তিন্নিবা লৈবাক্তী লুচিংলিবা মুনি-ঋষি লেংনা তিন্নিবা থৈবিক্তী ধ্যান লাইনিংকন্নু ওইরিবা হে দামোদর অথোইবা, নংনা ঐবু লেপ্পা লৌথৎপি-ও হায়না চন্দ্রকেতু পোম্বী ওইরিবা অতুনা মালেম লৈদা ওগ্না মিকপথিএ। অস্তুম্বা রারম মুংশিবা অসিবু গোপীচন্দ্র পণ্ডিত অহৈবনা লেংলমএ হায়দত্রা?

চন্দ্রাবতী সতী অচুম্বীগী মাথং পাওতাক রানা নিংথৌ মপুরোইবা চন্দ্রকেতু নিংথৌ অতুনা ঈশ্বর মপুরেনবু পুক্লিং অত্তংপা নাইদনা শোঞ্জরবগী দেব লাইরূপ অয়াম্বা থৈবিক্লা মিৎয়েং শানথৈরবগী জয় মাইকরে হায়না পুষ্প পারিজাৎ লৈমুংশিবু শিঙেল লৈরিক নোং-চুনরক্লে। গোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবনা পুষ্প্র-রথ দোলাই-নিংথিবা অমবু শ্রীকৃষ্ণ অথোইবগী থোংলোই অকনবশিংতুনা শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম থুংগু মরিমকপু শুনা রথ দোলাই-মত্তবৰু লোইননা চন্দ্রাবতী-চন্দ্রকেতু নিংথৌগা অনিমক্তী শমু মাং শংশংবদা তাররে। পুরন্দর সরারেন্নমুং গন্ধর্ব্ব, অপ্সরা, বিদ্যাধরী অহুমমুং শিথরক্লে। কৃষ্ণ থোংলোই অথোইবশিংনা চন্দ্রাবতী নিংথিবীদা চিজোই পাওমেনখিএ। হে-সুন্দরী অহেনবী-ও, চন্দ্রকেতু নিংথৌ নপুরোইবগা নবিংত্তাবু পুষ্প-রথ দোলাই মত্তবা অসিদা থুনা তোংথৎলো হায়রবদা চন্দ্রাবতী

ও, চন্দ্রকেতু মিংথোকপা চন্দ্রাবতী মিংথিবীগা অনিমক্না ব্রত পালনবু কাইরবগী পাপ কয়া ওইরকপদগী কোরৌ নোংমদোম্দা কাপ্পিবগী মায়ম অয়াম্বু হাল্লরবনে।

মায়ম লম্বুংগী মীয়ম অয়াম্বু মুনি সভা পুম্নমক্না ব্যাস মুনিদা মাখোং অনৌবা অমরুক হন্না পাওহংখিত্র—হে মুনি অথোইবা-ও, নচিন নুংগাইনা লৈওমথোক্লগী মায়ম অথোইববু নাক্তানবিওএ। মায়ম অনৌবু অমরুক হন্না মায়বি-ও হায়রনা পাওহংলববু নাক্তারবদা ব্যাস মুনিনা হে মুনি লোকনা তিন্নিবাশিং-ও, উনবী পুক্নিং তম্না নাক্তাবি-ও, মায়ম মথৌ কংনা হায়জরক্নে। একাদশী ব্রত অচৌবগী পুণ্য মহৈ অসিবু কনানা হায়রকপগনি? মতৌ অসুম ওইরবস্লুং থাইনা মাংনী ঐনা মায়ম অপিশা অমত্তবু নাক্তববু লৈএ, হায়রক্লে, পাইমা পুক্নিং তেম্না নাক্তাবি-ও।

লহান মাংদা হস্তিনা লৈবাক ফুংগাইবা অঙ্গদা রুক্মাঙ্গদ কৌবা নিংথৌ অমা লৈরমএ। নিংথৌ মতিক চংথোক্লা মঙাম মপা চাওবা কোক্লোই মমিং চঙলমএ। মনা মাগী মীইকোন্নংসুং ফুংগাই মথৌ লৈতবা নিংথি পুক্নিং হুইএ। চেংলৌ মিংনা খেংশিনখিবা খুদিংমা ফুংগাই মমাং কাইএ। নিংথৌ মহাক্কী কোন্নুং অকোয়ববু মনা হাক্চং লৈবনু চেংলৌ নিংপু মংনা তকুপ তরেং নিংথিএ। চানি চিথেক মরিক্তা শিতেল লৈগী উমংনা উনবী পুক্নিং হুইএ। ঠৈবাং লৈরিক থাংনা থোইনুবা ওথবা থোক্লকনা উনবী পুক্নিং থোইনা মৌরাওএ। উমং চিথেক মরিক্তা পুখ্রি লাইরু ঈমাই চোম্না পকাপ লৈব্রৌ নিংথিএ। লাইরু ঈমাই থায়া মংগ কাথো চাক্তাইএ। পক্লাপ লৈকা পুক্নিংমা থোইমু ঠৈবাক্না থম্মল লৈহী চুনাএ। কেকৌ-কদম নিংথিবা,

নাগেশ্বর লৈমুংশি, জাতি-যূথী-চম্পকলতা লৈওনথোক্নচিংনা লৈরা মশিং তনা শাংলিএ। উমং চিথেক মরিমক্তী য়াংলৌ লমদাংশাংব চোইনৌ সনাক্পএ। নিংথৌ মাগী কোম্মং ময়াইরেন অতুদা সন সঙ্গাই শাইএ। নিংথি মতৌ চংথোনববু চিংডু ইন্দ্র সয়ারেনগী থোইমোম লাইরৈবাকুমএ। নিংথি পুক্লিং হুবা অতুদা রুকাঙ্গদ সন্ধ্যারাণী, ধর্ম্মাঙ্গদ অহন্না কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু মুংডাই ময়া কায়না পাম্লমএ। নিংথৌ মতিক চংথোনবনা প্রজা লৈবাক পুম্মকপু পুত্র মচা য়োক্লুমনা পিজ পামুদে, পিনা হালয়েংদে। নিত্তি লমচং হৌনববু কায়দনা ভোরমএ। নিংথৌ পুক্লিং ময়াং কায়না পাক্লিডৈদা কোয়ৌ থুমিংমদা মালী লৈশংবনা শিঙেল লৈ হুথিরে হায়না নিংথৌ সনা মথোংথাদা য়াকংচথিএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, য়ায়ম মতৌ থনবি-ও হায়ববু নাতারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না পুক্লিং কলচাও থোইনা মালী লৈশংববু য়াথং অথাবনা হায়দোক্লকএ - শিঙেল লৈপুম অমত্তবু মাংকয়োইএ। শামৌ-লাম্মী চামা চামনা শিঙেল লৈগী বনবু কোয়না ডাক-ও। অহিং মুংথিল খুং শয়ৌ-ও। অহিং থোয়েন তুমগন্দা মুংথিল মিংয়েং নাওত্তমদনা শিঙেল লৈ শংও। লৈয়াং লৈপুম অমত্তবু মাংকয়োইএ হায়রবদা মদাইরেম শামৌ-লাম্মী অয়াম্বনা শিঙেল লৈগী উমংবু কোয়না ডাক্লিডৈদা গন্ধর্ব্বগী মবুংডো আহু কোবা নিংথৌ অতুনা শিঙেল লৈ হুগে হায়না চংলকপবু থংলৌডমদনা লৈয়াং লৈরক চংনা শিঙেল নিংথিববু থম্না হেক্লবগা আহু নিংথৌ অতুদি কোয়ৌ নোংমজোম্দা পাইথংথিরে। চিংলেন নোংগা ডায়বদা শিঙেল লৈয়াম লৈডমদরবগী অকী পুক্লিং চংনা মালী লৈশংবনা নিংথৌ সনা মথোংথাদা য়াকংচথিএ —হে নিংথৌ অথোইবা ইবুংডো, ডা ও। ননাই ঐথোয়না অহিং

থোক্সেন ভুমগন্দা, মিৎয়েং নাওত্তমদনা লৈ শংববু খংলোউমদনা ওলি কোয়ৌ শুমিৎমশুং শিঙেল লৈহ্ য়ামথিরে হায়না য়াকৎচথিববু নাতারবগী রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্বি উনবী পুক্লিং তপ্না য়াথলথিএ। হে ইপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেনবা-ও, নংনা চিংনা শামী-লাম্মী মীয়াম পুনা সেনা লাম্মী অয়াম্বগা শিঙেল লৈ শংলু-ও হায়রবদা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেনবনা নিংথৌ য়াথং লুদা থোংনা শিঙেল লৈ শংগে হায়বগী চৈরৈ ফিরোই শেং, লানফম পোৎলোই পুম্নমকপু লৈতেংলবদা শামী-লাম্মী পুম্নম্বা লোইননা শিঙেল লৈগী উমংদা চংলক্লে। লাঙ্গোই শগোল, শামু, রথ, দোলাই তোংবা শামী-লাম্মী পুম্নমক্কা শিঙেল লৈগী বনবু কোয়না ভাক্লবদা অহিং ইমুং শোইয়াইমদা আহু কৌবা নিংথৌ অহুনা পুষ্প-রথ দোলাই মক্তববু তোংনা শিঙেল লৈ হুগে হায়না লৈরাং লৈরক থায়না চংলকপবু মিকুপ পুংজা থংলোদনা শিঙেল লৈরক চৎনা লৈরাং নিংথিববু থম্না হেক্লবগা কোয়ৌ নোংমদোঙ্গা পাইথংথিরে। ইমুং কৌবা চিংমুং শোই, চিংলেন নোংগা ভান্নকলবদা শিঙেল লৈ য়েংলুববু লৈরাং য়াম্না লৈওমদরবগী ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেনবদি শকথোং ময়েং ত', মাইথোং চরম কং, তাংজা ইকাই থোইনা নিংথৌ সনা মথোংথাদা য়াকৎচথিএ। হে ইপা নিংথৌ-ও, ননাই ঐনা চিংন' শামী-লাম্মী, শগোল-শামু য়াওনা শমু থুৎশম্নমা ভাকচববু মতম থংলোওমদনা শিঙেল লৈ হুথিরে হায়না পাওতম্নবদা মপারিগী কোলোই ময়াথংবু নাতারবদা নিংথৌ উনবী পুক্লিং তপ্না বাথল্লবগী রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না নিংথৌ মহাক য়াওনা শিঙেল লৈ শংগে হায়বগী দমক লাঙ্গোই শগোল—শামু পয়েং চৎ, শামী-লাম্মী পুম্নমকপু ভাই-রোইননা শিঙেল লৈগী উমং ভাম্না যাত্রা থোংশাম্নক্লে। চারি চিথেক

চংলবগী আছু নিংথৌরেনদি পুষ্প রথ দোলাই মক্তবযু তোংনা শিজেল লৈ হেক্লিভৈদা থাংথা মৈথু অকনবনা শোক্লবগী আছ কোবা নিংথৌগী রথ দোলাই মথুনেংপু কোরৌ নোংমদোন্দা পাইথংপবু ওমদরবগী পুক্লিং তুংবং চংনা নিংথলথিএ। শমু ইহাকশাংবু মহাপাপপু লৈরব্রা? দোলাই ইথুনেংপু পাইথংপিদরে হায়না পুক্লিং চিংনা পোক্লিভৈদা চিংগু নোংদমথোয়া মালী লৈশংবনা থোইমোম লাইগী মূর্তিবু ওইরিবা আছু নিংথৌবু চেংলৌ শক উররে। পুক্লিং শোংকি চংনা মিপাই কোকই কাববু আছু নিংথৌরেয়া উরবগী চিঙোই পাওমেক্লকএ—হে মালী হমুবা-ও, অকী পুক্লিং চংলুগনো। কোলোই ইয়াথংবু নাত্তা-ও। নংগী নিংথৌ লৈমাববু কোরু-ও হায়রবদা মালী হমুবনা ইন্থং শোইয়াইমদা পুক্লিং লাইথংবনা নিংথৌ সনা মথোংথাদা চংলকপবু কৈদা নাইর্ফা থোংথৈ-কম্বশিংনা হে মালী হমুবা-ও, নংনা অহিং ইনোংশোইয়াইমদা নিংথৌ সনা য়োইকোয়ুংদা চংলকপা অসিবু বারম করি লৈবগী চংলকপনো হায়না পাওহংববু মালী লৈশংবনা পাওথুমথিএ—হে কৈদা থোংশংবাশিং-ও, নিংথৌ ইবুংঙোগী শিজেল লেকোয়ুংদা থোইমোম লাইরা, তাইবং নমু পোংলা থংওমদে। পুক্লিং অকী চংএ। নিংথৌ লৈমাববু থুনা পাওকোরু-ও হায়না থৌশিল্লকএ হায়রবদ মালী হমুবগা কৈদা থোংশংবগা অনিমক্তি নিংথৌ সনা মথোংথাদা চংলক্লে। হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তাবি-ও, ননাই মালী হমুবা অসিনা নিংথৌ সনা নথোংথাদা বারম পাওতক্লিংবা অমা লৈবগী চংলকপনে হায়না বাকৎচেরবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনদি থোয়েল তুমগল্লবদগী চেংলৌ মমিৎ পাংলক্লবদা মালী হমুবদা পাওহংথিএ। হে মালী হমুবা-ও, বারম করি লৈবগী

লাকপনো হায়রবদা মালী লৈশংবনা পুক্লিং চিংনা লৈতনা পাওখুমখিএ —হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, নংগী শিংতেল লৈকোয়্যুদা রথ সনা দোলাই মক্তববু তোংবা অমবু লৈএ। মঙাল মশা চাওবনা চেংলৌ মিৎপু রংবা অহুবু নদাইরেম ঐনা মিৎয়েং শানথৈরবগী পুক্লিং অকী চং, মুংবং ঈরৈ চন্না লৈরিভৈদা মুক্তি অথোইবা অহুনা চিঙ্গোই পাওমেন্নকএ। হে মালী লৈশংবা-ও, পুক্লিং করি কীরুগনো। রুকাঙ্গদ নিংথৌবু থুনা য়াংনা পাওকৌরু-ও হায়রকএ। ননাই ঐনা থোইথোম লাইরা, তাইবং নমু পোংলা, চেংলৌ শকথং ওয়্যক্তে হায়না পাওদম্নবদা নিংথৌনা মালী লৈশংবগী চিঙ্গোই ময়াথংবু নাত্তা-রবদা য়াংনা হৌগৎলবগা কৈদা থোংশংবগা মালী লৈশংবগা লোইনমা শিংতেল লৈগী উমং মুংঙাইবা অহুরমদা চংলক্রে।

আহু নিংথৌ কোবা অহুনা থাম্বী মৈরা থানগুম চোইনৌ সনা দোলাইথক্তা তোংনা লৈতম্ববু মিৎয়েং শানথৈরবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না উনবী পুক্লিং ওক্লা য়াথং ভক্তি তৌনা পাওহংখিএ—হে মহামায়া ওম্বোকপা-ও, নংনা ঐগী শিংতেল লৈগী উমং অসিদা থৌরম করি লৈবগী লাকপনো? য়ারম অমম্তুং নংনা নিংথৌ ঐবু উনসে হায়না পাওকৌবা অসিবু য়ারম করি লৈবনো হায়না পাও-হংলবদা আহু নিংথৌনা পাওথুম্নকএ—হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, ঐদি গন্ধর্ব্বগী মবুংঙো আহু কোবা নিংথৌদি ঐনে। নংগী শিংতেল লৈগী উমং অসিদা ঐনা লাকপদি নংগী পুষ্প নিংথিবা অসিবু হেক্রুবগা ইন্দ্র সরারেন চেংলৌ মমিং লিশিং পানববু কোয়্যৌ নোংজা খুদিংদা পূজা ঈরাৎচববু ওসি কোয়্যৌ নোংজা অসিদা নংগী মালী লৈশংবনা পেকরি থাংথা অকংচবু থাম্বী মৈদা ইক্লা থাওয়্যবগী

মহাপাপপু ওইবা থাংথা মৈথু অচুনা দোলাই ইথুনেং মক্তবৰু শোক্লবগী পামেল উগী মতমগুম লেংবা মাদনা মৈরেং হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না মাথং অমরক হন্না পাওহংখিএ। হে ইবুংঙো, থোইমোম লাইগী দোলাই অপাইববু থাংথা মৈথু শোক্লবগা পাইবা ওমদরে হায়বা অসিবু মারম করিগীনো হায়রবদা আহু কৌবা নিংথৌনা পাওখুম্লকএ—নংগী থাংথা মৈথু অসিদি মহাপাপী নত্তরা ? অসুম্বা থাংথা মৈথু অসিনা দেবরথ দোলাই ইথুনেং অসিবু শোক্লবগী লেংদনা মরৈরে হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না পাওহংখিএ। হে আহু কৌবা নিংথৌ-ও, থাংথা অসিগী মৈথুনা মহাপাপ ওইএ হায়বদো মারম মথৌ কংনা হায়রবি ও হায়রববু আহু নিংথৌনা নাত্তারবগী হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, উনবা পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও, পেকরি থাংথা অসিগী মতিকপু নমাং শংশংবা অসিদা মারম মথৌ কংনা হায়রক্লে। কত্তবা মহাপাপ চেনবা থাংথা অসিবু পঞ্চপাপ পাপ মওামক্লে হায়ববু বেদ শাস্ত্র পুন্নমক্না হায়রিএ। অসুম্বা থাংথা অসিবু নমু কনাগুম্বা অপাংবশিংনা চাক্লরবদি জন্ম মপোক খুদিংবু নরক কণ্বী ওইরুইএ। নরক কণ্বী অচুদগী মপোক অমরক পোক-লুরবস্তুং কণ্টক ভিংখং পানবা উবু ওইনা পোকলুইএ। অসুম্বা থাংথা অসিগী মহৈ চাববু হায়দবস্তুং থাংথা মহাকপু শোকলুবদা পুণ্য মহৈ পুন্নমকপু মাংনা মহাপাপপু ওইএ হায়ববু বেদ পুরাণ পুন্নমক্তা হায়রিএ হায়ববু নাত্তারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না অমরক হন্না পাওহংজখিএ –হে আহু কৌবা নিংথৌ-ও, থাংথা অসিগী মহৈদি ঐনা খংজরে। মীওইবা থৈবিক্কী ব্যবহার মরমচৎপু হায়রবি-ও হায়রবদা আহু নিংথৌনা পাওখুম্লকএ—হে রুকাঙ্গদ নিংথৌ

অথোইবা-ও, উনবী পুক্লিং পিনা নাতা-ও। ঐনা নংগী শিঙেল লৈকোয়ং অসিদা নোংশাংনা লৈরবদি ইন্দ্র নোংথৌ সবারেম্না কনচাও মৈয়া থোক্লা শাওরম্লগদনে। নিংথৌ নংনা শিঙেল লৈ হুইএ হায়না বন্দী তৌনা থম্লবা ওইনা নিংলদনা হৌজিক চেংলৌ মিংকুপমকম অসিদা নিংথৌ নংগী সনা য়োইকোয়ং অসিবু কোয়ৌ নোং-শিংজংনা কেম্লরকঙেনে হায়রবা অসিবু থংনা থৌরম ঐবু থুনা কাথিনবা য়াংনা থৌয়াংবি-ও। নিংথৌ নংগী য়াইফনবা একাদশী ব্রত তৌবা অমতবু থুনা থিবির-ও। ব্রত চাকহেল্লিবা অহুনা ঐগী দোলাই ইথুনেৎ অসিবু শোক্লবগা কোয়ৌ নোংমদোন্দা পাইথংথিঙেনে হায়রববু নাতারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌনা হে ইবুংঙো দেবমূর্ত্তি ওইরিবা-ও, একাদশী ব্রত তৌএ হায়রবা অসিবু কোয়ৌ মুমিং করম্দা তৌবনো থংজদে হায়ররবদা গন্ধর্ব্বগী মবুংঙো আহু নিংথৌ কৌবা অহুনা পাওখুম্লকএ। তাও, তাও, হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, একাদশী ব্রত তৌবা মী অহুগী পূণ্য ঘহেদি কমানা হায়ঙমসিবনো, হায়-ঙম্লোইএ হায়রববু নাতারবদা নিংথৌ রুকাঙ্গদনা য়াথং অমরক ভক্তি তৌনা পাওহংজথিএ। আহু কৌবা নিংথৌ-ও, একাদশী ব্রত অরুবগী গুণ মতিক অচৌববু হায়বি-ও হায়রববু নাতারবদা আহু নিংথৌনা হায়রকএ—হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, উনবী পুক্লিং তপ্না নাতা-ও। দশমী তরানি পানবদা চরা অমরক্তা চাগদনে। অহিং তুংথিল অনিমকপু কোয়ৌ নোংলেম্লঙেনে। মানা চাগদবদি নিরামিষ তৌগদনে, লৌনিং-চানিংবা, অপাম্বা, কনচাওববু হুজেকঙেনে। দ্বাদশী তরানিথোইনি পানবদা চরা অমরক্তা চাগদনে। লেমরৈ তাবু চাকয়োইএ। একাদশী ব্রত চাকহেনবা কৌবদি অসিনে

খারম অয়াম্বদি হায়গুম্লোইএ। থাওনা চিংলিবা য়েনশাং মনা-মশীং অয়াম্বা পুম্নমকপু চাকয়োইএ। থিত্তা চাগদনে। নমু কনাগুম্বা অমত্তনা খোংবা চাকপু চাকয়োই। হৌজিক্তি ঐনা হায়খিবা মুমিৎ অসিদা ব্রত চাকহেল্লিবা অমত্তবু পুবিরক-ও হায়রবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেল্লা মাগী কোম্লং মন্দুং-মপান লৈকাই খুল্লক অহুদা তরা চাকহেনববু থিববু থংদরবগী রুক্মাঙ্গদ নিংথৌনা পাওমেল্লকএ। হে আহু কৌবা নিংথৌ-ও, ঐগী সনা ইরৈপাক অসিদদি ব্রত চাকহেনববু হৌনদবগী নমু মীপুম অমত্তবু লৈত্তে হায়রবদা আহু নিংথৌনা হায়রকএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, ভরাংদি তরানি পানবনে, ভসিদি তরামাথোইনি পানবনে, মুমিৎ অনিমক অসিদা তরা চাক-হেনবা অমত্তবু থুনা থিবিরকউ হায়ববু নাত্তারবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেল্লা শামী-লাম্মী অয়াম্ববু থৌশিথরে। হস্তিনা লৈবাক পুম্নমক্তা খুঙ্গং লৈকাই থাক্তনা নমু য়ুম্মুম খুদিং চংনা থিববু থংদরবগী বেশ্যা খুল্লক চংনা থিরকপদা বেশ্যা হন্নুবী অমগী ময়ুম চংলকপদা বেশ্যা হন্নুবী অহুনা তরা চাকহেলগুম্বগী হকশাং চোকথ হুইথনা লৈতম্ববু উরবগী হে ইবেন হন্নুবী-ও, নংনা চোকথ হুইথনা লৈতহা অসিবু খারম করিগীনো, থুনা হায়-ও হায়না পাওহংলবদা হে ইবুংঙো নিংথৌ মনাইশিং-ও, ঐনা ইচা নুপী অমত্তা পোকপবু পাইমা লিংজেল ফত্তবীবু ওইরদনা ইমা-ইচা থংনবগী ভরাংদি চরা অমত্তা চাইএ, ভসিদি চরা অনিরকমা চাদরি। ইচানুপী অহুদি লৈকাই খুল্লক কদাযরমদা চৎখিরবনো থংদরে হায়না পাওখুম্লবদা লাম্মী অয়াম্বদি পুক্নিং মরাং কায়না হরাওখিএ। হে বেশ্যা হন্নুবী নমা-নচাবু নিংথৌ

সনা য়াথংনে হায়দনা বেশ্যা মমা-মচাবু পুরক্নুনা নিংথৌ সনা মথোং-থাদা কৎলরে হায়দত্রা ?

রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না আহু কৌবা নিংথৌবু য়াথং লৈশি-লৈথোক্তনা হে আহু কৌবা নিংথৌ-ও, গুরাং অসি চাক চাদবদি অসিনে হায়না কৎচরবদা আহু নিংথৌনা পুক্নিং হয়াও থোইনা হায়মকলে। হে রুকাঙ্গদ নিংথৌ-ও, ঐগী দোলাই ইথুনেং অসিবু শোকহনবি-ও হায়ববু নাত্তারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌনা হে বেশ্যা নমা-নচানা দেব রথ দোলাই মথুনেং মত্তবা অসিবু শোকপিরু-ও হায়রবদা বেশ্যা হন্নুবীনা উনবী পুক্নিং গুক্না য়াথলথিএ—হে নিংথৌ ইবুংঙো অথোইবা-ও, বেশ্যা ইমা-ইচাদি জাৎ অত্তোনবনে, মহাপাপী ওইবনে। দেব লাইগী দোলাই অসিবু করম শোক-ও হায়বনো ? বেশ্যা ঐথোয়গী জাৎতি দেব লাইগী দোলাইবু শোকপবু হায়দবন্তুং তাইবং নমু পোংবু শোকলুবদা মহাপাপপু ওইরিএ হায়ববু বেদ শাস্ত্র পুম্নমক্তা হায়রিএ। য়ারম অসিগী দমকপু দেব লাইগী দোলাই অসিবু শোকপা ওন্মরোইএ হায়ববু নাত্তারবদা গন্ধর্ব্বগী মবুংঙো আহু কৌবা নিংথৌ অহুনা য়াথং নিংথিবনা পাওমেল্লকএ। হে হন্নুবী-ও, পুক্নিং করি কীরুগন্ত, নমা-নচাবু একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু ত্তৌরিবনিগীনা নমা-নচানা ঐগী দোলাই ইথুনেৎপু লেংবা ওমদনা লৈরিবা অসিবু পলেম নমা-নচানা শোক্লবগা কোরৌ নোংম-দোন্দা পাইথৎপা ওমৈত্তনে হায়রবদা বেশ্যা মমা-মচানা পুক্নিং মরাং কায়না হয়াওথিএ। হে ইবুংঙো, শোক-ও হায়রবদি জোংথৎলো হায়বরা, কোলোই য়াথং হায়বি-ও হায়রবদা আহু নিংথৌনা হায়রকএ। হে হন্নুবী নমা-নচানা পুষ্পরথ দোলাই মত্তববু থুরমদনা

শোক-ও হায়বব্ মাক্তাবদা সত্তী মমা-মচানা দোলাই রথ মক্তন্দ্র খুরম্মদনা পুষ্পরথ মক্তবদা তোংখংলে। সত্তী মমা-মচানা শোকপ-নিগীনা দেবরথ দোলাই মক্তবদা আহু কৌবা নিংথৌনে, সত্তী মমা-মচানে অহুম্মকপু পুনা কোয়ৌ নোংমদোন্দা কাথিরে হায়দত্রা ? থৌরম অহু থৈবিকপু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্মা চেংলৌ মিংপু থিংনা উরৌরবগী একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবগী গুণ মতিক অচৌববু থংলোরবগী নিংথৌ পুক্লিং মুংবং চংনা থল্লোএ। বেশ্যা মমা-মচানা থংনবগী করিস্থং থংদনা চাকহেনবনস্থং কোয়ৌ নোংগাথিএ। ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু গুণ মতিক থংনা হেল্লবদি মহৈ করম চারিগবনো ? ঐস্থু একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু ভৌরগে হায়না নিংথৌ পাইমা উনগোইমুংদা নিংসক্লে।

হস্তিনা সনা লৈবাক অসিদা ঐনা পাল্লিবা মথৈবু পাত্র-মিত্র লৈবাক পুম্মক শামী লাম্মী অয়াম্বা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, পণ্ডিতনচিংনা ম্নপী-নহা, অতাং-নায়া অথুবনচিংনা লাঙ্গোই শগোল-শামু, কাওয়েন যণবী চাজেনবী, চোংতা-ভেনরা, মাহুই য়েন পুম্মক্কচিংনা জীব-জন্তু থরাই পাল্লিবা থৈবিকপু থাক্তনা একাদশী ব্রত অরুববু লেপ্পা মভৌরগে হায়না সত্য শরি শোম্না রাশক্লবদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মপারিবু পাওকৌথংলবগা হে ইপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবা-ও, নপা নিংথৌ ঐগী কোলোই ইয়াথংবু নাত্তা-ও। হস্তিনা সনা লৈবাক অসিগী জীব থরাই পাল্লিবা থৈবিকপু একাদশী কৌবা ব্রত অচৌবা অসিবু ভৌদফরোইএ হায়না লৈবাক পুম্মকপু থংহল-ও হায়রবদা ঐগী য়াথং মতুং ইম্না ভৌদরবদি প্রাণ থরাই হাংনা শাগৈ মচেংমা মচাবু থাক্তা মহাংকে হায়না হায়দোক্লবদা মপা নিংথৌগী সনা য়াথংবু

তাররবদা ধর্মাঙ্গদ যুবরাজনা হস্তিনা লৈবাক পুম্নমক্তা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবগী থৌরম অয়াম্ববু থংনা খুদং লৈকাই অমবু থাক্তনা হায়দোকখিরে। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু তৌদরবদি নিংথৌ সনা য়াথংনে, শাগে কুন্দা মুংনা রাজদণ্ড তৌনা প্রাণ থরাই হাংকে হায়না থংহল্লবদা হস্তিনা লৈবাক পুম্নমক্কী পাত্র-মিত্র, শামী-লান্মী পুম্নমকপু থাক্তনা উনবী পুক্রিং ঈরৈ চন্না নিংথৌ সনা মথোংথাবু তান্না কাথংলক্লে। লৈবাক পুম্নমকপু তিল্লবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনম্বুং সনা য়োইকোয়্রংদগী মপান য়াথোক্লকলবদা লৈবাক পুম্নমকম্বুং নিংথৌ সনা মথোংথাদা থুক্লয়রে। রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনম্বুং সনা মাগী সিংহাসন্দা ফম্নবগা লৈবাক পাত্র অওম্বা পুম্নমকপু য়াতানথিএ—হে অওম্বা লৈবাক কোয়বাশিং-ও, নিংথৌ ঐগী চিদোই ইয়াথংবু নাতাবি-ও। একাদশী ব্রত চাকহেন মহৈ অচৌবা অসিবু লৈবাক পুম্না হুপ্না তৌমনসে। চাকহেন মহৈ অরুবা অসিগী মতিকতি ঐনা শংশং তাংনা থংয়োরে। বারম অরুব অত্থুবু ঐনা হায়রকে, নাত্তা-ও। বেশ্যা মমা-মচাবু ঐগী লৈবাক অসিদা লৈরমএ। মহাপাপীবু ওইরবা অত্থুগুম্বা বেশ্যা অত্থনা মমা-মচা থংনবদা একাদশীনি হায়রবু থংদনা তরা চাকহেন ওম্বগী দেবরথ দোলাই মথুনেং লেংদরববু বেশ্যা অত্থনা শোক্লরবগা নিংথৌ ইমাং শংশংবদা বেশ্যা মহাক লোইননা কোয়্রৌ নোংমদোন্দা কামল্লথিএ। করিম্বুং থংদবা মহাকঅত্থনা মহৈ অত্থম্না ফংজখিএ। একাদশী ব্রত মহৈ অচৌবা অত্থবু থংনা তৌজরবা মী অত্থশিংদি মহৈ কয়ামরুমবু চাওরিগবনো, হে পাত্র লৈবাক কোরবাশিং-ও, হৌজিক্তি ঐনা চিংনা লৈবাক পুম্নমকপু একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু

ভোয়সে হায়না পাওমেল্লবদা নিংথৌ ঐগী য়াথংবু ইন্দ্রবদি শাপৈ মপা-মচা থাক্তনা প্রাণ থন্নাই হাংকে হায়ববদা নিংথৌ য়াথং অদুবু নাতা-রবগী পাত্র অওয়া মালেম লৈবাক কোয়বা পুম্মক্কা পাওথুম্নকএ—হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোবা ও, লৈবাক ছুংঙাইনবা ননাই ঐথোক্নগী থৌরম মহৈ ওইনববু শায়রিবদি লৈবাক কনাগুম্বনা পাওয়াদগবনো। হৌজিক্তি হে নিংথৌ অথোইবা ও, নিংথৌ নংগী পুক্নিং মতুং ইন্না একাদশী ব্রত চাকহেন অচোবগী থৌরম মথৈ পুন্নমকপু গুনা পাও-তাকপিরো হায়না পাওহংজরবদা! নিংথৌ লৈমাবনা হে অওয়াশিং-ও, উনবী পুক্নিং তপ্পা নাতা-ও, য়ায়ম মথৈ ফংনা হায়রকে। অদু কোবা নিংথৌ অদুনা ঐডোন্দা তাক্লমবদি দশমী তরানি পানবা তিথি মাকমৈ চংলকপা সুমিংতা চিনকুপ য়াথিন লোইরবগা ঈরুমাইথজৈজেনে। চৈরৈ কিয়োই অকর্ববু শেংলবগা ফম্বী মফম অশেংবা অমদা ফমগদনে। কোরৌ সুমিং চাইথিরবগা সুমিদাং য়ুথক মতমদা চয়া অমরক্তা চাজৈনে। পাইমা উনগোইসুংদা লৌনিং-চা নিংবা-অপাম্বা-কনচাওববু হুজেক্লবগা পুক্নিং অশেংবনা ধ্যান লাইনিং ওইনা অহিং ইমুং শোইবা লেম্নজৈনে। কোবা চিংসুংশোই চিংলেন নোংগা ভাল্লকলবদা কোরৌ সুমিং অতুমদি চয়া অনিরক চাকরোইএ। অতুম চাদনা কৃষ্ণ ধ্যান তৌনা অহিং-সুংথিল অনি কোরৌ নোংমননজৈনে। দ্বাদশী তরাও নিথোইনি পানবদদি অয়ুক চিংথৈ লৈনা চৈরোইননা মেগৎলপা চিনকুপ য়াথিল্লগা ঈরুজজৈনে। অদুগা শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু পূজা ঈরাংলবগা শ্রীভাগবত অথোইববু তাজৈনে। সভা অয়াম্বনা নাম সংকীর্ত্তন ভোয়বগা দান-দক্ষিনা তৌনা থুকমজৈনে। অদুগা থাওনা চিংজিবা মনা-মশীং পুন্নমকপু চাকরোইএ। থিগা চাকদা চাজৈনে।

চৌথর, শত্রুং, লিকোল শান্নবা, পুক্নিং হেলা তৌন্নিবা পুন্নমকপু তৌকরোইএ। কাংথোন কনজাও হিন্না তালোই তুমিন্নকরোইএ। থোক্লেন তুমগন্দা, সুংথিল মিংয়েং নাওতুমকরোইএ। শুক্ক কুক্ক লাইবু অহিং নিংশিংদনা লৈরেনে। অচুম্বা ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু চোংডা-তেনরানচিংবা জীব থন্নাই পাম্নিবা পুন্নমকপু কোরৌ সুমিং অতুদদি একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু লেপ্পা তৌরেনে হায়ববু নাতারবগী পাত্র লৈবাক কোন্নবা পুন্নমক্না হে নিংথৌ অথোইবা ও, কোলোই নয়াথং নিংথিবা অসিবু য়ারম অথোইবা মহাক্কে হায়না পাওয়ারবদা মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্না রুকাঙ্গদ নিংথৌ-রেনশী নিংথৌ সনা মথোংথাদা খুরুম্না হায়জখিএ— একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু থংনবা দশমী তন্নানি পানবা সুমিৎতা য়াংলেন পুংজাও থিনবি-ও। পুংজাও থোক্লেল অহুবু তারবদা একাদশী সুমিংনে হায়ববু থংজগে হায়ববু নাতারবদা নিংথৌ লৈবাক মপুনা উনবী পুক্নিং মরাং কায়না, হয়াওমথৈ লৈতনা পাওমেন্নকএ—হে পাত্র লৈবাক কোন্নবাশিং-ও, য়াংলেন পুংজাও থিন্না লৈবাক পুন্নমকপু নাতাহনগে। একাদশী ব্রত অচৌববু তৌরবদি নিংথৌ ঐগী য়াংকোন লোইপোংপু পোং নান্না থাই অমবু নিংথৌ সনা ইথোংদা কংলক-ও হায়রম্নবগী রুকাঙ্গদ নিংথৌ অথোইবদি সনা মাগী য়োইকোন্নুংদা য়াচংথিরে হায়দত্রা?

মদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমকস্তুং মরান থৌকুন্নকলে। মাগী মাগী মোংবা মমুমনাক্তা য়াইথুংলেরবগী শাগৈ মপা-মচা খুদং লৈকাই থাক্তনা নিংথৌ সনা য়াথংবু থংহল্লে। একাদশী চাকহেন অরুবা অসিবু তৌদরবদি য়াজ দণ্ড তৌরেনে হায়না হস্তিনা লৈবাক

পুন্নমকপু থংহল্লবদা কোনৌ হুমিং কয়ামরুম ওথিন্নবদা একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু থোক্লবগী দশমী তরানি পানবা অহুদা নিংথৌ লৈবাক মপুনা য়াংলেন পুংজাও থিন্না নিম্নাং নিন্দুং অনিমক্কী লোইদাম-থাবুম খুদিংদা য়াংলেন পুংজাও থিন্না হস্তিনা লৈবাক পুন্নমকপু একাদশী ব্রত তৌহন্নে হায়দল্লা ? মোমন্নু চাকবশিংনা মপাম্নি মযোমলোনবু থিকলেন মায়োক্লনা থোক্লাং লাইজ ইনতমদে। কাওন্নেন থথবী চাহেনবীশুং থল্লাও থোমগা থকহনদে। চোংঙা-তেনব্বা অনিমকস্তুং পোম্বী মচিঞ্জাকপু থংহনদে। থৌরম মতৌ অহুম তৌনা মহা বৈষ্ণব অথোইবা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেম্না নমু মীওইবা থৈবিক্কী চিঞ্জাক অথোইথবু ককথংলবনিগীনা হস্তিনা লৈবাক পুন্নমকপু মহাবৈষ্ণব ওম্না ওইরবনি-গীনা মপোক মপোক খুদিংগী মহাপাপ অয়াম্ববু ওম্না কোকথিন্নবগী মাগী মাগী জ্ঞানামৃত কংলক্লবদা বয়স মতম ওক্লা নোংমল্লকপবদা লহান মাংগী একাদশী ব্রত তৌদরিবগী মহাপাপপু লৈএ হায়না যম থোংলোই অকনবশিংবু থৌশিনক্লনা শঙল থৌরিবুনা পুন্নবগা যম মথোংজিনবু তাম্না পুরকপবু বিষ্ণু থোংলোই অয়াম্বশিংনা য়াংলৌ লমথাংদা শমু খুত্থম চম্না মুনথিন্নবগী যম থোংলোইশিংদি তাংজা ইকাইন্নবগী ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌদা য়াথং ভক্তি তৌনা য়াকৎচথিএ— হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, ননাই ঐথোয়না হস্তিনা লৈবাক্কী মহাপাপী ওইবা মীবু ঐথোয়না পুজরকপদা বিষ্ণু থোংলোইশিংনা মুনবিন্নে। হে ইবুংঙো, থৌরম নংনা ওয়োইদবদা ননাই ঐথোয়বু তাংজা ইকাইএ। অমরুক হম্না থৌশিবিন্নপনো, হে হুমিংকী মচা নিপা, নঙোন্দা হায়জরবনে। অহুত্তম্বা হস্তিনা লৈবাক অহুদি মহা-পাপ চেনববু য়াম্না লৈএ। অহুত্তম্বাশিংবু, হে ইবুংঙো, নংগী শরুক

নত্তবা ওইরে হায়নখিএ। অসুম্বা য়ারম অসিবু ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌদা খোংলোই অয়াম্বাশিংনা য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিবা অসিবু গোপীচন্দ্র কৌবা ব্রাহ্মণ অমুনা লেংলমএ হায়দত্রা ?

যম খোংলোই অয়াম্বাশিংগী চিঙ্গোই মরাথংবু ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌনা চিত্রগুপ্তবু কৌশিন্দনা হায়খিএ। হে চিত্রগুপ্ত কৌবা নংগা ঐগা লোইমনা খোংলোই অকনবশিংগা চৎজুসে হায়না ইরোই থরোবী তোংজুনা চিংগু ব্রহ্মা অথোইবগী শমু মথোংথাবু ইত্তানজরুবদা য়াথং ভক্তি তৌনা থুরমবগা পাওহংজখিএ—হে ইবুংঙো, ননাই ঐনা হায়জবা য়ারম অসিবু নাতাবি-ও। সংসার তাইবংপানবা অসিদা থোই-দোক্লিবা হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইবা অসিবু ননাই ঐগী বিষয় ওইববু লৈতরত্রা ? হে ইবুংঙো, নংনা হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইবা অসিগী পাপ মরম থায়-ও হায়না ননাই ঐঙোন্দা বিষয় পিবা নত্তত্রা ? মরম অদুগী দমক ননাই ঐগী খোংলোইশিংনা মহাপাপ চেল্লবা অদুশিংবু লৌরবদা বিষ্ণু খোংলোই অয়াম্বাশিংনা য়াংলৌ লমথাংদা মুন্দনা পুখিরে। অসুম তাংজা ইকাইবা অসিবু শ্রীনারায়ণ কৃষ্ণনা ননাই ঐঙোন্দা পিনরে। অসুম তাংজা ইকাইববু নংহল্লবদি ননাই ঐদি পাপ-পুণ্য মরম থায়না য়ারেনববু ওয়রোইএ। য়াথং অমরক হন্না হায়বিরগলো হায়ববু নাতারবদা ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা ধ্যান পুরিং তৌনা য়েংলুবদা একাদশী ব্রত অচৌবগী পুণ্য মতিক অরুবনা কাখিবনে হায়ববু থংলুদনা চিঙ্গোই পাওমেল্লকএ—হে ধর্ম্মরাজ যম নিংথৌ-ও, একাদশী ব্রত অচৌবা অসিবু বেদ-শাস্ত্র লৈথিল্লা সার মচিনে হায়লরিএ। অসিবু তৌজববা মী অদুশিংদি অমরক হন্না মীগী মংথাক ওইহনে। মপোক থুক্লিনী মহাপাপপু য়াল্লা লৌরকবসুং

একাদশী ব্রত অনুকনা পাপকী মথৈ অয়াম্বু কোকথিত্র হায়নখিঅ। একাদশী তিথি থাকথৈ অহূদি কৃষ্ণ মহাক্নশাংনে হায়নখিবা অহূনে। মথৈ অরুবা অহূবু হে যম নিংথৌ-ও, ঐনা নচোন্দা হায়বা ওয়বোইঅ। অসুবা মথৈ খচোববু ককাদদ নিংথৌরেম্না তাদনা যাদী লৈবাক্তা লৈরিবা শা-উচেকশিংনা পুন্নমকপু ব্রত চাকহেনহল্লে। ধর্ম অমা কানখিবনে। হৌজিক ঐনা নিংবা অমত্তু লৈঅ। ককাদদ নিং-থৌরেম্না একাদশী ব্রত চাকহেল্লিবা অসিবু কায়হল্লগে, অদু কায়হল্লবদি নংগী শমু খুত্থম চয়ৈগনে। নংস্তু যম মরৈবাক্তা হনবাইখিবো। ঐস্তুং নংগী উনবী পুক্নিং থুংনবা থৌরাংখিগে হায়রবদা ধর্মরাজ যম নিংথৌদি চিত্রগুপ্তপা লোইননা যম মরৈবাক্তা হনবাইখিরে।

চিংডু ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা উনবী লৈনিংশিংনা থম্বুদদা থম্বোই লকাম্নুংদগী কন্যা নিংথিবী অমবু পুথোক্লে। কোনোই মমিংথোংজি মোহিনী কোঅ। মশক-মতাল-মণ্ডং নিংথিবনা সংসার পুন্নধকপু উনবী পুক্নিং শুমহৎলে। অদু তুংদা চিত্ত থম্বোইস্নুংদগী মদন কৌবা নিপা অমস্তুং পোক্লে। শমু মহাকশাংবু থোইনা নিংথিঅ। শমু মথোং মখুং অনিমকী থুজিল মতা নিংথিবনা লোইদাম থাজ মচেং মানববু শমৈজেঅ। শমু মখুংগুদি পুষ্প লৈরম থৈবিম্না তিল্লিববু শীকং মখুংগুবু ওইনৈঅ। লৈমাং মহাক অহূনা লিরি ওইঅ। শিজেল লৈরম অয়াম্বনা থাইরা মত্তেনচাবু ওইনা শিন্নখদা ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা হায়খিঅ —হে ইপারি নিংথিবা-ও, নপন ঐনা হায়বা থারম অসিবু নাক্তা-ও। সংসার পুন্নমক্তা লৈরিবা মুশী-নিপা পুন্নমকপু শমু নংগী খুত্থম চন্না লেপ্না শুমজৌ-ও হায়ববু নাত্তারবদা কামদেব কৌবা লাইগী মচা অহূনা পাইনা উনমগাইস্নুংদা ওন্না ওন্না থজ্জুরে। ইপা ব্রহ্মা

লাইনিংথৌনা শিবা তেন অসিদি শিডেল নৈগী তেন ভয়েং ভয়েংবা অদিনদি মালেম তাইবং পানবা পুন্নমকপু করম্না শমু থুক্কম চনগনবো পুক্কিং থাজনদে। ইপা ব্রহ্মাগী থমোই অখিবদা মাইরা নৈগী তেন অদিনা পান্নমদনা য়েংথিগে হায়দনা কাবদেবনা শিডেল নৈগী লীকং তেনবু শমু থুক্কা ওনা মাইরা পান্নমলবগী মপা ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী থমোই অখিবদা মাইরা নৈগী তেনবুম মতামক্তা পাম্লবে। ব্রহ্মা মহাত্মা সংসার পুম্নমকপু ওখলুরো হায়না শিথিরবনিগীনা ব্রহ্মা শমু মহাকপাবু মাঙলেম নৈদা তুথিরে। মাইরা নৈগী তেনপান মৈচাক অকনবা অচুনা তাংজা মরৈ তম্না মমোম মোহিনী নিংথিবীবু উনবী পুক্কিং হুনা চেংলৌ থিংচি তেম্না পুক্কিং পাম্না য়েংলকপবু মমোম মোহিনীনা তাংজা ইকাইবনা মমাই মথা পাংনা নৈথোকখিএ। নৈথোকপা অচুব ব্রহ্মা লিশিং অমা ওবা অচুনা মাইকৈ মথোং হাংদনা হম্না হম্না য়েংলম্লবগী মমোম মোহিনী নিংথিবীনা পুক্কিং কলচাও থোইনা পাওমেম্লকএ—মালেম তাইবং পানবা অসিদা মাহেল থোদাম্রিবা নংনবু থৌরম থৌহৈদবা কামগী লমচংপু নচা ঐঙোন্দা করিগী ককথংপা ওমদনা য়েংলিবনো? ইপা ওইবা নংনা নচা ঐঙোন্দা তাংজা ইকাইববু পিরবনিগীনা ভসি কোরৌ হুমিং-মথৈবু সংসার পুম্নমক্কা মাহেল থোদানরিবনে হায়না পূজা ঈরাংনরিবচু ভসি কোরৌ হুমিংকী মথৈবু তোক্কদনো হায়না মপা ব্রহ্মা লাইনিং-থৌবু মীচৈরে। মচা মোহিনীগী শাপ মীচৈবা অচুবু নাতারবদা চিংডু ব্রহ্মা শিদবনা অমরক হম্না মচা মোহিনী নিংথিবীবু মাথং শাওনা হায়রকএ—ঐগী অকোনববু নৈডনা, হে ইমোম, নংনা ঐবু শাপ মীচৈরবদি নংসু ঐগী হৈচ: ওইবিরবগী দেব মূর্তি শংশংবা অসিবু

কোক্লদনা তাইবং নমু মীওইবগী মথা পোনবনু ওইরক্-ও। দেব লাইগী মশক মতাল ওইরিবা পুম্নমকপুং মাংলেসনো। হৌদা নংনা নপা ঐবু পুক্লিং অৱাবনু শাপ মীচৈ পিরবনু ওইরবদি হে ইথোম নংগু মহাদেবগী মিংগেং মৈচাক্কা উংকী মপৈ ওইনা চুমসনো। অস্নুম্না হায়নরিবৈঙদা নারদ মহামুনিরেনবু কাওরক্রে। মুনি অথোইবা অহুনু চিংঙ্ ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা চেংলৌ শকউরবগী পুক্লিং হবাও থোইনা পাওমেল্লকএ—হে নারদ মুনিরেন-ও, মালেম তাইবংপানবা অসিদা নৈরিবা হস্তিনা নৈবাক মুংঙাইবা অহুদা ইমোম মোহিনী অহেনবী অসিবু পুদনা থুনা চংখি-ও। অস্নুম চংলবগা রুকাঙ্গদ নিংথৌ-রেনগী একাদশী ব্রত চাকহেন অচৌবনু কায়হল্ল-ও, নিংথৌ মহাকপু য়াথং সত্য তৌহল্লবগা ইমোম মোহিনী অহেনবী অসিবু নিংথৌ মতোন্দা পিরক-ও। ধর্মরাজ যম নিংথৌগী উনবী পুক্লিং থুংনবা মতৌ অস্নুম্না থৌরাংবিরক-ও হায়রবদা নারদ মুনিরেন অথোইবনা মোহিনী অথোইবীবু পুরক্কনা চংলক্রে। অস্নুম্না চংলিবৈঙদা নারদ মুনিরেন্না ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মচানুপী মোহিনীদা চিঙ্গোই পাওমেনখিএ—হে মোহিনী নিংথিবী-ও, নংনা নশাগী গর্ভদা পোক্লকবৈগী য়ারমবু ঐনা খংলিএ। মালেম তাইবংপানবা অসিদা হস্তিনা নৈবাক মুংঙাইবা অমা লৈএ। অহুদা রুকাঙ্গদ নিংথৌ কৌবা অহুনা মনাই মশন পুম্নমক্না একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবনু তৌরিএ। ব্রত মহৈ অচৌবা অহুনা হস্তিনা নৈবাক পুম্নমকপু মতম কাল শুরক্লবদা নোংমনখিরবা-শিংবু বিষ্ণু থোংলোই অকনবশিংনা যম থোংলোইশিংগী শমু মথুবাক্কী মুনখিদনা কোরৌ নোঙ্গাখিএ। মরম অহুগীবু ধর্মরাজ যম নিংথৌনা চেংলৌ মমিং থিংনা উরবগী নপা ব্রহ্মা লাইনিংথৌদা

য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিএ। য়ামম অচুপী নংকপু নপা ব্রহ্মানা খন্নোই মাগী লকাল্লুংদগী শেম্লকপনে। নপম ব্রহ্মাগী য়াথং মীচে মচুং ইন্না নমু মীখা পোনবু-ও হায়রকপা। অদুবু রুক্মাঙ্গদ নিংথৌ য়েনগী একাদশী ব্রত অচৌবা অদুবু উনবী পুক্নিং ওন্না কায়হল্লো হায়না ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা হায়রকপা য়ামম থৈবিকপু নারদ মুনিরেন্না মোহিনী নিংথিবীদা য়ামম ওন্না খংহন্দনা অমুন্না চংলকপখু হন্তিনা লৈবাক হুংচাইবদা য়াইথুংলরে।

অমুন্না থুংলরবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌগী কোন্নুং শনপান অন্নাং-খংবগী উমং নিংথিবা অমা লৈএ। উমং নিংথিবা অদুদা মোহিনী অহেনবীবু থম্মলবগা মুনি মহাক্তি রুক্মাঙ্গদ নিংথৌগী মাং শংশংবদা চংলক্লে। রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেন্না নারদ মুনিরেনবু চেংলৌ শকউরবদা আসন নিংথিববু থানা কমকমহল্লে। মুনি পূজা ঈরাৎ পোৎ পুন্নমক্তা নিংথৌ থুদোন য়াওনা কৎচখিএ। হে মুনি অথোইবা ও, উনবী পুক্নিং ওন্না মাভাবি-ও, ননাই ঐগী য়াইফবনা সনা ঐগী য়োইকোন্নুং অসিদা চংলক্লে। হে মুনি অথোইবা, নংদি তীর্থ লাইকম থৈবিকপু য়োক্লরবনে। ননাই ঐগী কোন্নুং অসিবু শোকপিরবদা ননাই ঐদি মহৈ লেপ্পা য়ানবা নিংথৌ ওইরে হায়রবু নারদ মুনিনা তারবদা পাওথুম্নকএ—হে রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, ঐদি তীর্থ লাইকমদগী লাক্লে। ব্রহ্মাগী কোন্নুংদগী লাকপনে। ঐনা লাকপদা য়াংলৌ লম-থাংদা নাম্না মুপী ওইনা চেংলৌ মশক য়াম্না ফজরবী অমবু উমমএ। লমদম অয়াপ্পবু নত্তে, নিংথৌ নংগী অন্নাং থংবা উমং অদুদা লৈরোএ। হে রুক্মাঙ্গদ নিংথৌ-ও, য়ামম নাতৈদি থমু থরখিসে। ঐনা উরকপবু সমাযেনগী য়ত্তা অজায়ানচিংলিবা মশক থোইনা ফখবু কম্না উরক্লে।

মখোয় অতুপশিংগা মান্নবা ওইদে। হে মিংথৌ-ও, অশক্ক নিংশিংবী অহুবু উৎবদা পূর্ণিমাগী থাবু হেন্না তান্না মিংশিএ। মায়েক-থোকচি-তোম্না তাওজিং কংকাই হৈগী হৈরাংমচা ফালএ। পিতেম পায়খোই নিংশিংবা অনিমক্কা উনবী পুক্কিং হপ্পা মহামায়া লীকং ওই, মোমোন নোকপা মাইথোংনা পুক্কিং লোইনা থোহোবা অহুনা কামগী চৎনবু ওইরে। চেংলৌ মিংচি খজিক য়েংবনা সংসার পুম্নমক্কী উনবী পুক্কিং তুম্মাংশবু ওইখ্রে। নাতোন মতা হেনবনা ডিল থোইদিং মশানবু হেন্না নিংশিএ। চিন্নাল মোইকাইরেং নিংথিবনা শাবন তম্নাল হৈবু ওমখ্রে। শমু মহাকশাংবু পুকচুং চংবী লায়োল থোকুম নিংশিএ। শমু মখুদোন থুংকাং চাংজৌ তরামক্কী খুজিল মোইকাংতোনবু চপ্পা লৈহাও মপোপকুম থাজা তন্না থোকুমএ। খাং পামশি থোংবু য়েংবদি বসন্ত লৈপান থাগী তম্না য়েম্লিং অনৌববু ওমখ্রে। ককুচ অনিমকপু চেংলৌ মিংয়েংবদা মুবী হৈয়োলথোক থাগোক হৈম্নাংচান অনিমকপু ওমখ্রে। শমু মহাকশাংবু মিংথি পুক্কিং হৰী অহুগী এরমচংপু শামু লমশা লমচংনৈএ। মতৌ অপুম্বা মুনীদি ওন্হোকএ। হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন-ও, ঐনা লৈবাক থুদিংদা কোম্নকপাবু উৎকৃরিএ। দেব লাইগী মচারা, তাইবং মমু পোংগী মচারা, মীওই অসিনে হায়ববু থংলক্কে হায়ববু তারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্না অক্ষরক হম্না হায়রকএ—হে মুনি অথোইবা ও, নংনা লৈ হায়বা মুনী অহু তান্না থুনা চংসেমসে। নংগী থোজাল অমনকুদগী নারী মুনী নিংশিংবী অহুতবু ঐবু উৎহনবি-ও। মনাক্ত ঐগী উনবী পুক্কিং হেনা নিংজুম্নবগী শমু হহাকশাং অশিবু কামতেলপান মৈলাক্কা মুনি নংগী এচিকোই মম্নাথংগী হকচাং মৈলাক পিনলক্লে, খিনবিম্নগনো। হে মুনি

অথোইবা-ও, থুনা বাংলা কস্না অহুগী মকম অদু তাম্না চৎলগে হায়রবগী নিংথৌ পুক্লিং অইনবা অহুবু উরদনা নারদ মুনিয়েম্না রুকাঙ্গ নিংথৌরেনবু ঙাইরোইনবা চৎলক্লে।

মোহিনী নিংথিবীদি পামেল উমং সুংঙাইবা অহুগী তম্না উথোং থাদা শিঙেল লৈবু হেক্লা লৈঙমএ। মুনি নিংথৌ অনিমকপু থোই মোম লাইগী মচা মোহিনী নিংথিবীনা চেংলৌ মিৎচিঙোম্না হায়রগ য়েংথোক্লকপবু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনদি উনবী পুক্লিং হুনা শুক্ষৎলবা নারদ মুনি অথোইবনা চিংঙ্ ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মমোম মোহিনি অহেনবীদা য়াথং লৈশি-লৈথোম্লনা পাওমেনথিএ—হে ইবেম্ মোহিনী অহেনবী-ও, লাক্লিবা অসিবু য়েংলো, উব্রা? রুকাঙ্গ নিংথৌরেম্নে, য়াম্না মতিক মঙাল চাওবা মহাবৈষ্ণব অথোইবনে তঙুনা একাদশী ব্রত অচৌববু ভৌনা মনাই-মশল অয়াম্ববুসুং পি পামুদে, পিনা হালয়েংদে। নিংথৌ মতিক গুণ অচৌবনা চিংঙ্ ইন্দ্র সরারেনবু ওমজৈএ। সংসার পুম্নমক্কা লেরিবা লৈবাক নিংথে পানবা খৈবিক্কা য়াম্লদে। অসুম্বা নিংথৌ অসিবু মুনি ঐগী চিঙ্গো ইয়াথংদগী নিংথৌ নপুরোইববু ওই-ও। হে মোহিনী অহেনবী-ও চেংলৌ নশক উগদবগী নিংথৌ পুক্লিং য়ারকএ। হস্তিনা লৈবা অসিগী মহারাণী ওইনা নিংথৌ লৈবাক মপুগা য়ামেন থৌদামিনৌ-এ হায়বগী মুনি চিজোই ময়াথংবু নাত্তারবদা মোহিনী নিংথিবীনা মচি মোমোন নোক্লা হায়রকএ—হে মুনি অথোইবা-ও, ননাই ঐন হায়ববু নাত্তাবি-ও। ঐদি নম্ন জাইবংপানবগী মীপোকলেন পোক্লকঙে, চিংঙ্ ব্রহ্মা শিদবগী থম্মোই লকাম্নুংদগী পোকপনে থোইমোম লাইগী মচানিম্নীবা মুনি-ঋষি পুম্নমক্কা ঐগী ইতিক গু

অচৌবা অসিনা উনবী পুক্লিং শুঙ্কাংনরিবা অতুনে। গন্ধর্ব্বনচিংনা চংঙ্ মাইকৈ শুাকপা নিপানমক্কচিংনা খোইমোম লাইরূপ পুম্নমক্কা ভক্তি সেবা তৌনরিবীনে। ঐবু তাইবং নমু পোং ওইবদা লৈ-ও হায়বা অসিবু ননাই ঐনা কোলোই পাওখুমওস্লোইএ। খোইমোম লাই চম্নুগা তাইবং নমু পোংওইবগা লুহোং খোংদোং-ও হায়বা অসিবু খৌরম মতিক মপা ওইবরা, ঐদি পামেল উমং অসিদা শিঙেল লৈবু হেকচগে হায়না লাকচবনে। হে মুনি অখোইবা-ও, লাইগা মীগা লুহোংএ হায়বা অসিবু ঐগী কর্ণ ইনাকোংদা তারক্করিএ। চন্দক্কী খৌরম ওস্তোকপা অসিবু ওাকপি-ও হায়ববু নাতারবদা হে খোইমোম লাইগী চম্নু অহেনবী-ও, মুনি ঐনা হায়বা য়ারম য়াথং অসিদি খোইমোম দেবী, দেব, মুনি, ঋষি পুম্নমক্কা চিংলিবা নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণ মহাকপু মুনি ঐনা হায়বা য়াথং অসিবু নংনা হেন্দোকপিদে হায়ববু নাতারবদা মোহিনী নিংখিবীনা হায়রকএ—হে মুনি অখোইবা-ও. থাউনা লহান মাংদা ননাই ঐনা য়াথং রাশকথিবা অমা লৈএ। ঐনা রাশকপা মহাক অতুদি খোইমোম লাই ইমায়ববু ওইরবস্তুং, তাইবং নমু পোংবু ওইরবস্তুং, দানব হিংচাববু ওইরবস্তুং ঐনা হায়বা য়াথংবু ইনবা অতুদা স্বামি ইপুরোইববু ওইগে হায়না রাশক্কএ হায়ববু নাতারবদা রুকাঙ্গদ নিংখোরেম্না মোহিনীগী মমাং শংশংবদা য়াথং ভক্তি তৌনা খুরুম্না হায়জথিএ। হে শরিশো, ইবেম্মা পূর্ণিমাগী থাগুম চেংলৌ মাইখোং ওইরিবী-ও, নিংথৌ ঐগী থম্নাইনা লৈরিবা মথৈবু হুক্তিনা লৈবাক অসিদা ইনাই ইশন পুম্নমকপু মংগী য়াথং মতুং মইল্লগে হায়রবদা নারদ মুনি অখোইবনা হায়থিএ—হে মোহিনী, নংনা তৌরকপা সত্য অতুবু নিংথৌনা নমাং শংশংবদা সত্য

হালক-তৌরে। তৌজিজি লেখা মরৈবো হায়রবগী মুনি অথোইবা অহুম্বী কোনোই ময়াখংবু নাত্তারবদা মোহিনী শকহেনবীনা শিঙেন পরেং ভক্তোই নিংথিবা. অমবু শেম্বরবগা শমু থুম্বা পাইনা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী থৌরাং ভক্তোই নিংথিবা থাবা লিকথোক্লমদা হুকল্লুরবগা শরেন য়েংওইননা অহম্মক কোয়দনা রুকাঙ্গদ নিংথৌগা নারদ গোসাই অথোইবগী শমু মথোংথাদা থুরম্লরে হায়দত্রা ? হে ইবুংঙো, নংগী থৌজান্দগী উনবী পুক্লিং থুংলে। শমু মরেপ নেম্বনা কোরৌ নোংমদোনবু শমু থুংনা লাম্মা কংলুববু মওইরে হায়রবদা নারদ মুনি অথোইবনা ঐদি স্বর্গ লাইরৈবাক্তা চৎলগে, হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নংগী চায়বা থোইমোম লাইগী মচা নিংথিবী অসিগা লোইননা নংগী সনা য়োইকোম্বুংদা হুংঙাই মরাং কায়না পাল্লু-ও হায়রম্লবগা নারদ মুনিস্তুং চৎথিরে। রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনস্তুং চিংঙু ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মমোম নিংথিবীগা লোইননা সনা মাগী য়োইকোম্বুংদা চংলক্লে। থোংলোই অয়াম্বাশিংনা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহনবদা মপা নিংথৌনা তৌরকপা থৌরম অয়াম্বা থৈবিকপু পাওজনখিএ। থোংলোই ময়াম্ব্যদগী নাত্তারবদা পুক্লিং হয়াওথোইনা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজনচিংনা য়াংলৌ লমথাংদা লমওকভরম্ল। সন্ধ্যারাণী মহারাণীস্তুং য়োইবু য়োইহৈ-পুম্নমকপু ভাইরোইননা সনা য়োইকোম্বুংদগী চৎথোক্লকলে। নিংথৌগী ঐশৈ শকপা, অপোক্ শাবা পুম্নমকস্তুং চেপনবক্লে। মোহিনী, রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনস্তুং, মপানৌ সন্ধ্যারাণী, ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহনবনচিংনা মথোয় অসি থৈবিকপু লোইননা সনা য়োইকোম্বুংদা চংলক্লে। অহিং-নুংথিল অনিমকপু রুকাঙ্গদ নিংথৌদি মোহিনীগী পুক্লিং অপাম্বদা নুংশিমথৈ লৈজনা হুংঙাই মরাং কায়নখিএ। মপারি

ব্রত অচৌববু তৌ-ও হায়রবদি বেদ পুরাণ করম্বদা তাম্নরিবনো ? রারম অসি থংনা ব্রত চাকহেন অরুববু তৌগনো হায়রবগী থোইমোম লাইগী মচা মোহিনীগী চিঙ্গোই ময়াথংবু তারবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌনা য়াথং অমরক হন্না হায়জখিএ—হে ইবেম্মা, একাদশী ব্রত অচৌবগী মতিকতি ঐনা থংখিরে। ব্রত অরুবা অসিবু কায়-এ হায়রবদি ঙাকপি-ও। নিংথৌ ঐগী হস্তিনা লৈবাক পুম্নমক অসিবু শা-উচেক পুম্নমক্কা চিংলিবা থৈবিকপু ব্রত চাকহেন অরুববু তৌদফরোইএ হায়না য়াশকখিরে। অতৈ ব্রত অমবু তৌরুদে। একাদশী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু নিংথৌ ঐগী লাইনিং ওইনরিবনে। ঐনা তৌজরকপদি একাদশী তরানি পানবদা ঙা য়েনশাং য়াওদনা কোরৌ হুমিং চাইখিরবগী গুমিদাং য়ুথক মঙাদা চরা অমরক্তা চাইএ। তরামাথোইনি পানবা অহুদি চরা অনিরকপু চাদে। দ্বাদশী তরা-নিথোইনি পানবদা লেম্নে ঙানা চিংলিবা শংলৌ মনা-মশীং অয়াম্বা য়োইয়োই থাওনাচিংলিবা পুম্নমকপু য়াওদনা চরা অমরক্তা থিগা চাগদনে। অহিং মুংখিল অনিমা তুমফরোইএ। শত্রং, চৌবর, লিকোল শানবনচিংনা লোভ, মোহ, কাম, ক্রোধ মরম মরিমকপু হনজেকতৈভেনে। কাংথোল ফমজাও হিপ্ন তালোই লুমতিম্নহৈদে। মরম অসি থৈবিকপু হেলএ ভায়বা অহুবু নাতারবদা চিংঙু ব্রহ্মা লাইনিংথৌগী মমোম মোহিনী চেংলৌ শক্তোই হেনথৌনা পুক্নিং কনচাওথোইনা হায়রকএ—হে নিংথৌ-ও, নংগী রাজনীতি লমচং হৌনবা অহুবু মতৌরো। অস্তুম্না তৌরবদা অহিং-মুংখিল অনি অহুম্না অহুগী মুপী ওইবা ঐথোয়গী বিষয় পুক্নিং পেম্নবদি কনা ঙাকপিগবনো ? হে নিংথৌ অথোইবা-ও, মুপী ওইবা ঐথোয়গী কাম

মায়ানা শরুক নিপাল হেল্লিএ হায়ববু নিংথৌ নংনা খংলিবা অদুনে। সংসার পুন্নমক্কী জীব খরাই পুন্নমক্কা শৃঙ্গার রস চিঙ্গাক ফুংডাইবা অদুনা উনবী পুক্লিং পোন্না হরাওনরিবা অদুনে। অদুগুম্বা চিঙ্গাক অথোইবা অদুবু ঐবু করম্ব হেল-ও হায়বনো ? ঐদি হেনঙমলোইএ। হৌজিক্তি ঐনা হায়বা ৱারমস্তুং তোকককরোইএ। নিংথৌ নংগী নীত্তি লমচৎ হৌনবস্তুং কায়গনো। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, খুনা কোলোই পাওখুম-ও। নারদ মুনি অথোইবগী মমাং শংশংবদা ৱারম ডাংনথিববু মতম খুমিং কুইখিদরিএ। মাথং অদুবু নংনা ঐগী কোলোই ইয়াথং অসিবু ইনবিরোইএ হায়রিবা অসিবু মাম্না কত্তরবা নিংথৌ ওইরে। ৱারম অমস্তুং ঐদি থোইমোম লাইগী মচানে, হে নিংথৌ নংদি ভাইবং নমু মীনে। ঐগী কোলোই ইয়াথং অসিবু মাথং হিকথোককরোইএ হায়না অস্নুম্না নিংথৌ-মোহিনী অনিমক্তি ৱাহায় নিংডাই শাংডানরে। মোইবু মোইহৈ পুন্নমক্তি নিংথৌ সনা থোংথেরেন্দা নমু মীয়াম তিম্না ভাইথমলিএ। মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবস্তুং ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুন্নমক্কা সভা মীয়াম তিম্না লৈরবগী ইপা নিংথৌবু লাক্তুরে হায়না সনা মোইকোম্নুংদা চংলক্রে। কোরৌ নোংজা থুদিংদি একাদশী থোক্লককলে হায়রবগা ইপা নিংথৌনা হাম্না থোরকপনে। মনাই-মশল অম্নাম্বু হান্না থংহল্লে। ইমা থোইমোম লাইগী চম্নগা মাথং নিংডাই তৌনবা করম্বু লৈরবনো হায়না ৱারম অসি থম্না যুবরাজ মথোক্লকপনা মমা-মপা অনিমক্কী সনা মথোংথাদা থুংলরে। মপা নিংথৌপা মমা মোহিনীগা অনিমকপু থুরম্নবগা ৱারম অম্নাম্বা পুন্নমকপু হায়বা হৌরক্লে—হে ইপা নিংথৌ-ও, লৈবাক পুন্নমক্তি নিয়ম জিনথংলক্রে। ইপা ইবুংডোদি ভসিবু দশমীনে

হায়নবু খংদনব্রা ? ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুরুষকপু তিল্লবা অনিদা ইপা নিংথৌনা লেংলা নৈনিবা অনিদি থৌরম মনকথকথারে হায়রবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেম্মা মচা মাথং তারবদবু মপা নিংথৌনা উনবী পুক্লিং লুপ্তাইতনা কোল্লোই পাওথুমদে। মমা মোহিনীনা পাওথুনুকএ— হে তাইবং মীগী গর্ভদা পোক্লিবা মংস্থ বাকয় নত্তিক অত্তবু করি হাক্লৈরেএ হায়না মাথং অথা থোক্লা হায়দোক্লকএ। ঐথোয়দি অসুক কুটনা লৈয়ববু একাদশী কৌথবু খংলক্তে। একাদশী থংবু মপা- অচাদা ভাইরে। ঐথোয়না খংবদি একাদশী তৌবা কৌবদি সন্ন্যাসী ওইবা বৈষ্ণব ওইবশিং অতুনা তৌগদনে। মথোয় অতুনা তৌবা থৌরম অতু থৌবিকপু নিংথৌ নভোন্দা তম্না চংলকএ হায়ববু নাত্তাইএ। নিংথৌ ওইবা নংগী নরমচংত্তি লৈবাক পুরমক্তা পিজ- পামুদা, পিনা হালয়েংদনা লৈবাক পুম্না য়োকপন্থম নিংথৌ নংগী নরমচংবনে। নিংথৌ ওইবা মীনা একাদশী ব্রত চাকহৌজ হায়বদি ঐথোয়না বেদ লাইরিক পুরমক্তগুং তারক্তে হায়বা অত্তবু তারবদা ধর্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবনা হে চমা ইবেম্মা-ও, হন্দকী একাদশী ব্রত অসিবু কায়হনবিগনে। ইমা-ইচা ঐথোয় অহন্মক য়াওনা তৌরম্- ক্লসে। মহৈ অফবা ওইরবস্থং, ফত্তবা ওইরবগুং ঐথোয়গী লাক্লনবু অসি মওইরে হায়না মনিংঙৈএ হায়রবু নাত্তারবদা মোহিনী নিংথিবীনা অমরক হন্না মাথং অথা থোক্লা হায়হংলকএ—ঐবু থোইমোম লাইগী মচানে হায়রবু খংদব্রা ? ঐত্তোন্দবু নংত্তবনা অক্রদবা নত্তিক ওইব্রা হায়ররবদা ধর্মাঙ্গদ যুবরাজবু তাংজা ইকাইনা মাইথোং মমেং তানা চেংলৌ শকথোং মকথিএ। মারম অসি মতুংদা নিংথৌ মতু সন্ধ্যারাণীস্থ চংলক্লে। থৌরম অক্লববু হনজেত্তনা নিংথৌ ইপুক্লোইবনা

খোইমোম লাই চম্নু অমবু কংজকয়গা পুক্নিং কবিগী খোকাওবিবনো, নুপী ওইবগী শৃঙ্গার রসতা নিংথৌ উনবী পুক্নিং তুম্মংলবামাক্নে য়ারম অসি থয়া মোহিনী অহেনবীগী শঙ্গাই মুমলেনক্লংদা চংলক্নে। অদুম চংলকপদা নিংথৌ মপা-মচাবু মাইথোং লাংহংনা কম্নমএ। অদুবু চেংলৌ শকত্তরবদা মোহিনী নিংথিবীনা কলচাও মৈয়া খোক্না শাওরম্ববু উয়বগী মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদা পলেম মমা সন্ধ্যারাণী অহেনবীনা নাপা চিকথেম্না পাওহংথিএ—হে ইপান্নি-ও, নমা লাই চম্নুগা নপা নিংথোগা অনিমক্না শমু নামুক্নরিবা অসিবু করিনো? নংম্নু কোলোই পাওখুমদনা লৈরিবা অসিবু করিনো হায়রবদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহনবনা হে ইমা মহারাণী ও, ইমা খোইমোম লাইচম্নু অহেনবী অসিনা ইপা নিংথৌগী একাদশী ব্রত অচৌববু ককর্থংলে হায়বা অদুবু তারবদা সন্ধ্যারাণী নিংথিবীস্নুং উনবী পুক্নিং য়ানা চিন্তা পোংলুম পু, নিংথৌ মপুরোইবগী একাদশী ব্রত অচৌববু করম কায়নবনো হায়না মোহিনী অহেনবীদা য়াথং অমেংবনা য়ারম হঙ্গংচখিএ। একাদশী ব্রত অরুবা অসিবু নিংথৌ ইপুরোইবনা হক্তিনা লৈবাক অসিদা ঐগী থবাইনা লৈরিবামথৈ কায়করোইএ হায়না য়াশকখিএ। নিংথৌ য়াশক মতুং ইমা লৈবাক পুম্নমক্না ব্রত চাকহেন্নিএ। শগোল, শামুনচিংনা চোংঙা-ভেনয়া, অভাং নাওয়া অপিশা, কাওরেন যগবী চাজেনবী, ঈয়োই খোম থক্নিবা পুম্নমকপু থাক্তনা ব্রত চাকহেন্নিএ। অম্নুক লুবা খোরমবু করম কায়-ও হায়বনো? হায়বিগনো। হে মোহিনী-ও, হৌজিক্তি নহাক য়াওনা ব্রত চাকহেনবি-ও। য়ারম অমস্নুং নংদি খোইমোম লাইগী মচানে, ঐদি তাইবং মীগী মচানে। খোইমোম লাইগী

মচানিশীনা লাইগী খোৱম অরুবদি নংনা হেন্না খংলিবা অন্থনে। ঐনা অমমক হায়চোনবা ইত্তিক ওইদে। য়ারম অসি থৈবিকপু তাৱবদা চিংড় ব্রহ্মা লাইনিংথোগী মথোম যোহিনী নিংথিবীনা পুক্লিং কলচাও থোইনা য়াথং মথা চিক্লা হায়দোক্লকএ—হে সন্ধ্যা- রাণী-ও, নিংথো-মমা-মচা অহনবাণ্ডাইরে, লাইগী খোরম থংবনু নথোয় মওইরে। ঐগী ইনাক অসিদা লৈবিরগনো, থুনা চংথোক- খি-ও। ঐবু থোইমোম লাইগী চন্থনে হায়ববু সংসার পুম্না থংলিবনে। ঐগী ইমাং শংশংবা অসিদা য়ারম মত্তিক নত্তবনু য়াথং নচিদ খিন নংণ্ডম্বনা করিগী ণ্ডাংলিবনো? নংগী নিংথো নপুরোইবা অসিন ঐণ্ডোন্দা লাক্লনা ইমাং শংশংবদা য়াথং সত্য তৌরবা নত্তত্রা? হে ইবেম্মা নংনা হায়রিবা য়াথং মতুং ইন্না ময়ারগে হায়বা য়াশকং করম কায়হনগে হায়রিবনো? অসিবু হায়দবন্থুং লৈবাক পুম্নমব অসিবু ঐগী য়ায়েল চংহনগে হায়বা নত্তত্র। হায়ববু রুকাঙ্গদ নিংথো- রেন্না নাতায়বগী হে ইবেম্মা চিংড় ব্রহ্মা শিদবগী মচা-ও, য়ারম হায়খিবা মহাক্লে। ত্তোইকুম একাদশী ব্রত অচোবা অসিদদি কায়ব ওয়রোইএ, নংনা ণ্ডাকপি-ও। তাংজা ঐগী লুরেনত্তোনবু ককথংলবন্থ ব্রত চাকহেন কায়বদি ওয়রোইএ। অত্তে খোৱম অয়াম্বা পুম্নমত্তি শন্থ নংগী খুত্থম চনবা মওইরো হায়রবদা নিংথো য়াথং অত্থবু তারবগী দেব লাইগী মচাম্নুগী অত্থনা রুকাঙ্গদ নিংথোবু কৌশিন্থুনা পুক্লি কলচাও থোইনা য়াথং য়াম্না শাওনা হায়দোক্লকএ—য়াথং মীনম য়াবু করিগী হায়রকপনো? নারদ মুনিরেনগী মমাং শংশংবদা সত্ত শন্নি অহন্থক শোনবা নত্তত্রা? ত্থমিং কয়া কুইখিরবনো? হে নিংথৌ অপংবা-ও, করম্না কাওরবনো? মুনি মত্তিক অরুবা অহুগী

মমাং শংশংবদা তৌবা সত্য অহুবু কাম্নকরোইএ। মুনি অরুবা অহুগী মমাংদা য়াথং য়াশকপগী মরম অহুনা দেব সাইগী মচা মুপ ঐনা তাইবং মীওইবা নংগী সেবা তৌরিএ হায়রবু রুকাঙ্গদ নিংথৌ-রেম্না নাত্তায়রবগী পাওথুম্নকএ—ঐস্নং মুনি অথোইবা অহুগী মমাং শংশংবদা একাদশী ব্রতবু কাম্নগে হায়বা সত্য তৌখিদে। অতৈ থৌরম পুম্নমক্তি নংগী খুত্থম ওইহনগে হায়খিবা মহাক্কে হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌগী য়াথং অয়েম্নবু উরবদা মোহিনীনা হায়রকএ—হে নিংথৌ পাপী অপংবা-ও, ঐগী ইমাং অসিদা লেম্না সত্য অহুম্নক তৌ-ও। ঐনা হায়রক্কে, নাত্তা-ও। সত্য অহুম অহুদি—একাদশী ব্রত কাম্নবা অমা, নংগী নতু সন্ধ্যারাণী অসিগী স্তন অনিমকপু ককথংপা অমা, নচা নিপা ধর্মাঙ্গদ যুবরাজগী মতুকপু ককথংত্তনা বলি দান তৌনবা—মরম অহুম অসিবু নংনা পাম্বা অমত্তবু থুনা হায় ও হায়রবদা মোহিনীগী য়াথং অহুবু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী মশানৌ সন্ধ্যারাণী নিংথিবীনা নাত্তায়রবগী থম্মোই দকাম্নুংদা প্রেম চৈরোইননা য়াথং ভক্তি তৌনা নিংথৌ মপুরোইবদা য়ারম মুংশিববু হায়জখিএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, উনবী পুক্লিং তপ্না নাত্তাবি-ও। একাদশী ব্রত অরুবা অসিবু নিংথৌ নংগা ঐগা উনবী পুক্লিং য়ানা, ধ্যান লাইনিং কাম্নদনা তৌজরকপনে। পুক্লিং থুবম হোংনা কদৌনোংদা কাম্নববু তৌবিরগনো। থোইমোম লাইচল্লগী উনবী পুক্লিং থুংনবা মাগী সত্য য়াশক মতুং ইম্না ননাই ঐগী স্তন অনিমকপু লেনথোকপি-ও হায়বা অহুবু তারবদা ধর্মাঙ্গদ যুবরাজনা নাত্তায়বগী চেংনৌ মিং অনিমক্তা প্রেম ধারা ঈচেম্না হে পলেম্ন ইমা-ও, য়ারম অহুগুম্বদি অমরক হন্না হায়বিগনো। ইপা

নিংথৌনা পশেম ইমা মংগী তন অনিমকপু লেনথোক্তনা প্রাণ থরাই চাংকাদবনু ওইরবদি অতুগী শক্তি একাদশী ব্রত কাববনে. মুপী হাংপা পাপনে অমি অসিগী মহৈদি মহাপাপ অম্মানে হায়না বেদ-পুরাণ লাইরিক পুম্নমক্তা হায়রিএ। ইপাসলেন ইমা নবু হাংলবদি মুপী হাংপা মহাপাপনা একাদশী ব্রত কায়বনু হেন্না ইপা নিংথৌগী শম্মু মহাকশাংদা কোলোই মিংলেন কত্তবনু য়ায়া চংলক্লেমে। হৌজিক্কি ইমা থোইমোম লাই চম্নুগী উনবী পুক্নিং থুংনবা নপারি ঐবু বলিদান তৌবি-ও হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা মপা নিংথৌবু থুরমজখিএ হায়দত্রা ?

রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেন অথোইবনা মপারি ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোক্লকপা চরিত্র মরমচংপু হরিভক্তি ওইরিবগী কোলোই ময়াথং নিংথিবনু তারবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌবেন্না ধর্ম্মাঙ্গদ মপারি যুবরাজ নিংথিবনু মুংশি পুক্নিং চংনা প্রেম থায়। ঈচেন্না মপারি চেংলৌ শকোই হেনবনু থজাই লেংলোই চুপ, শম্নাং তোনগা নাম্না কোন্দনা মিকপথিএ। য়ারম অসি মতুংদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেন অথোইবনা ব্রাহ্মণ পুরোহিত য়াওনা মন্ত্রি, পাত্র অওম্বা মালেম লৈবাক কোয়বা পুম্নকপু পাওকৌথংলে। লৈবাক মীয়াম পুম্নমকপু তিন্নবদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌনা পাওমেল্লকএ—হে পাত্র লৈবাক কোয়বা পুম্নমক, নথোয়না লৌশিং থাথল তৌবি-ও। নিংথৌ ঐদি লৌশিং মথোং থংদরে হায়বা অহুবু লৈবাক থয়াম্বনা তায়বগী পাত্র অওম্বা পুম্নমক য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিএ—হে নিংথৌ অথোইবা ইবুংঙো, তাও। নাত্নৌ মুপী ওইবনা থামী মপুবোইবগী য়াথং য়াশক কাম্নহনগে হায়রিবা য়ারম অসিদি নমচং তৌনা নত্তে। হে মহারাজ নিংথৌ

অখোইবা-ও, ঐখোয়গী ইবেম্মা ওইরিবী খোইমোম লাইগী চম্লুনে হায়বা অসিদি দেব লাই তমখিবা হিংচাবা কুশীনে, খোইমোম লাই নত্তে, দেব লাইগী মচানে হায়শরনা মহামায়া তৌদনা হে ইবুংঙো নিংথৌ অখোইবা নংগী একাদশী ব্রত অচৌববু কায়হনগে হায়না লাকপানরিভেনে। নৈবাক মীয়াম সভা অয়াম্বগী কোলোই য়াথং কত্তববু রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্মা ভারবগী নৈবাক পাত্র অঙম্বা পুন্নমক্তা কোলোই য়াথং অমেংবনা হায়জখিএ—হে পাত্র নৈবাক কোয়বাশিং-ও, ঐগী ধর্ম্মনা অম্লুম তৌও হায়বগী খোক্লরবনে। খোইমোম লাইগী চম্লু মোহিনী শকোই হেনবী অসিদদি য়াথং কত্তবদি হায়বরোইঐ। একাদশী ব্রত অচৌববুদি কায়বা ঙম্মরোইঐ। ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ ইপাবিবু প্রাণ থরাই হাংনা বলিদান তৌ-ও হায়বা অছুবু লেপ্পা মতৌরগে। ইচা হাংপা মহাপাপ অচৌবা অছুদি হল্লেং ঐনা শিখিরবগা শ্রীগোবিন্দ অখোইবনা বায়েন সাক্ষী তৌরমসনো হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী য়াথং অরেম্মা অছুবু ভারবদা নৈবাক অঙম্বা পুন্নমক্তা ভাংজা মরু লুক্তা মতোম মতোং উনবী লাংভন্না য়াথল-নখিদে। হত্তিনা নৈবাক পুন্নমকম্লুং দেব লাইগী মচা মোহিনী হায়না কৌবী অচুগী হাকচাংন রুকাঙ্গদ নিংথৌনা মচানিপা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মখোক্লকপা পুক্নিং চংবী নরোন খোকুম চেংলৌ শকোই হেনববু প্রাণ থরাই হাংনা বলিদান তৌনগে হায়মা বাশক্লে হায়বা য়াবম অসিবু নৈবাক মীয়াম পুন্নমক্তা হায়নখিরে। য়াবম অম্লুম্মা নিয়খিববু কোয়ৌ নোংমদোনগী ইন্দ্র সভারেনগী খোইমোম লাইরৈ-বাকপু য়ৌনা ভাখিরে কায়দত্রা ?

য়াবম অসি মথুংদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদি ইপা নিংথৌ

অখোইবনী একাদশী ব্রত অরুবনী মাথং সত্য অমেমবু লেপ্পা মতাঙগে হায়না পুক্লিং মরাং কায়না স্নান তর্পণ তৌরে। সূর্য্য পূজানা ধ্যান লাইনিং খুদম হোংলা, পাইজ খুৎপাই থাদনা নিংজরবগা নিংথৌমচা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ অহেনবদি চৈচৈ কিরোই নিংথিবা পুন্নমকপু থোক্লবগা নাপা কোনখোল্লম অনিমক্তা নমন চীংলাই শাবা অনিমক অহুনা তকুপ তরেং উনবী পুক্লিং হুনা মুম্মিং মতাল অরাবব্ তমজৈত্র। তাঙ্জা মাগী লুরেনতোন্দা মুকুট সনা লুহূপ মতান নাইনা নিংথিবব্ কোক্লেন মতান নাইনা হাপচিল্লে। সনা-হেরা-মুক্তা থান্নবা মালা পরেং নিংথিবব্ থাবা তকোই নিংথিবদা লাড়ি থোইথৈ য়ৌনা থোক্লে। থৌরি তকোই নিংথিবদা মালা পরেং লিকপু হাপশিল্লে। তাংজা মরাইবক্তা গঙ্গা মৃত্তিকা নিংথিবব্ চন্দন মতান নাইনা নল্লে। পাম্বোম থম্বৌ লৈয়োলগুম্বা অনিমক্তা শয়াং তানজাও শি, তানচেপ মতান নাইনা, খুৎসি পালোইননা চোইনৌ সনা খুৎশি নিংথিবব্ হাপশিল্লে। চাংজৌ খুংকাং তরামক্তা চোইনৌ সনাবা খুদোপ তক্তা থিনবব্ খুংকাং লৈতেং ওইনা উনবী পুক্লিং হুনা নিংথিরে। খ্‌াং পমশিথোং নিংথিবদা সনা থাংশেং লমতানবব্ শেৎশিল্লে। শমু মহাকশাং নিংথিবা অহুদা নিংথি লৈতেংপোং পুন্নমকপু হকচাং মতান নাইনা শেৎলবগী চেংলৌ মিৎপু রাংনা চোইনৌ সনা ফুদোং মৈথাং কোনগুম উনবী পুক্লিং হুনা নিংথিরে হায়দত্রা ?

ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোক্লকপা মহাকী মতু নিংথিবীদি চামবিনে। অতু থৈবিকপু চেংলৌ শকউনরমগে হায়দনা লৈতেং পোৎলোই নিংথিবা পুন্নমকপু শেৎপা লোইরবদা মরানলোন মুনমুন্দা চংলক্লে। চেংলৌ শকোই হেনবী মথোয় চামবিমক্তা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মপুরোইববু

চেংদৌ শকউরবদা তাজো মথোয়গী সুরেনতোনবু মালেম লৈদা শক্লা থুরমজখিএ। অদুগা থুরমজবু ধর্ম্মাজদ যুবরাজ নিংথিবনা উরবগী কোলোই য়াথং নিংথিবনা হায়রকএ—থরাই ঐগী চায়বীশিং-ও, নথোয় অয়াম্বদা ঐনা য়ারম অচেৎপা অমবু হায়রকে, উনবী পুক্লিং তথা নাতা-ও। ঐদি ইপা নিংথৌগী য়াথং সত্য য়াশক মতুং ইন্না থোইমোম লাইরৈবাকপু তান্না চংপা থোক্লে। অতুনিগীনা নথোয় অসি থৈবিক্তগী ঐগা লোইননা চংকদবনু কনা লৈবনো হায়না পাও-হংববু নাতারবদা মতু চামরি মথোয় অয়াম্বা অতু থৈবিকপু তাংজা মরু লুক্লা কোলোই কনাগুম্বনা পাওথুমক্তরবগী মথোয় মরিদংনা শমু মখুং লোয়া য়াথং ভক্তি তৌনা কোলোই পাওখুমজরকএ। মথোয় মরিমক অতুগী কোলোই মমিংথোংদি বিমলা, বসনা, রমা, সুশীলা কৌএ। মথোয় মরিমক অসিনা থ্বাই মীয়াম পুম্নমকপু হেন্না চেংলৌ শকোই হেন্না নিংথিজেএ। ধর্ম্মাজদ যুবরাজ মথোক্ল-কপনস্থ নিংথিবী মরিমক্তা উনবী পুক্লিং লুপা থম্লিএ। মথোয় মরিমক্লা মুংশি পুক্লিং চং, প্রেম ঊযোইননা হায়জখিএ—হে ইপু-রোইবা নিংথৌমচা ইবুংঙো, তাও। ননাই ঐথোয় মরিমকপু হল্লেক-পিগনো, লেপ্না পুবি-ও। মালেম লৈবাক পানবা অসিদা হে ইবুংঙো নিংথৌমচা নংবু নত্তনা ননাই ঐথোয়না লৈরোদনা মহৈ করি পাঙল ওইরক্কপনো? ইবুংঙো নংনা লৈতরবা মথৈবু চেংলৌ ঐথোয়গী মিংথেং কুমৈ মুংঙাইনরিবা অসিবু অহিং অমম্বগী মশক মওইরে। হে ইবুংঙো, থিল্লগনো, নংগী ঐগী ইবুংঙোবু ওইরিবা ইকু নিংথৌগী সত্য য়াশক অরেপ্পবু ভাকে হায়বদো ননাই ঐথোয় য়াওনা চংলসে হায়না মতৌ অসুম তৌনা মতু চামরিনা ধর্ম্মাজদ

যুবরাজ নিংথিববু য়োম্বা পুন্নকপবু লোইদাম থাজিংথৌবু তোংচে কাইনৌ থৱানমিচাক্কা য়োম্বা মঙময়ম্বা মঙু চায়রিবা য়োম্বা পুন্নজনা মরাক্তে। মঙ্গরবা কিয়োই নিংথিবা থৈবিকপু লেংজনা মপা নিংথৌগী সনা মথোংথাদা থুংলরে। ধর্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোক্লকপা বৈষ্ণব চরিত্র লিংজেল ওইবা সত্য রাখক কাইদবা অহুনা লাকপবু পলেম মমা পোকমাবী সন্ধ্যারাণী অহেনবীনা মপারি ধর্মাঙ্গদ নিংথিববু চেংলৌ শকউররবদা মালেম লৈমাইথক্তা হাইহং লৈকাইছনা রাঙ্গ-থিএ। হেকতাই মুংমেং চেং মুংওল থোইবু হোংনা মিকপথিএ হায়দত্রা ?

শ্রীগোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবনসুং ধর্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিববু প্রাণ থরাই হাংলগনে হায়দনা গরুড় চেকনিংথৌবু তোংনা থোইমোম লাইরৈবাক্তগী কুম্লকলে। মহাদেব লাইনিংথৌনসুং কাওরেন শম্ভুবু তোংনা কৈলাস সনজীংদগী কুম্লকলে। কার্তিক পাঙ্গলবনসুং পোম্বী রাহোং তোংদনা কুম্লকলে। গনেশ লাইমরুসুং উতিল তোংদনা মরাক্তে। চিংগু ব্রহ্মা লাইনিংথৌসুং হংস কাংগু তোংদনা চিংগু লাইরৈবাক্তগী কুম্লকলে। ইন্দ্র সরারেনসুং থোইমোম লাই-রৈবাক্তগী ঐরাবত কোবা শামু অঙৌববু তোংদনা কুম্লকলে। ধর্ম-রাজ যম নিংথৌসুং ইরোই থরোবী তোংনা মরাক্তে। বরুণ কোবা লাই অহুসুং শঙ্গী তোংনা মরাক্তে। অরুণ কোবা লাই অথোইবা অহুসুং পুষ্পরথ দোলাই মঙ্গববু তোংনা কুম্লকলে। ভাস্কর কোবা লাইসুং মাগী শাথৌবনা অরুণ শাবু থৌদনা কুম্লকলে। শথোধর কোবা লাই অহুসুং অথোইবা দোলাই মঙ্গববু তোংনা মরাক্তে। কুবের লনিংথৌসুং পুষ্প লৈগী দোলাই মঙ্গববু তোংনা কুম্লকলে।

হুতাম কৌবা লাই অহুমুং অজ কৌবা শানু তোংদনা কুমুকলে। খোইরোম লাইবৈরাকশী চিংকু লাইকপ লেংনা তিল্লিবা পুরবক কোক্নৌ নোংমদোক্নগী কুমকপা অসিবু ব্যাস মুনিবেন্না মুনি সভা লেংনা তিল্লিবা পুরমক্তা হায়খিএ—হে মুনি সভা লেংনা তিল্লিবশিং-ও, খোইরোম মাইকৈ ভাক্লবা লাই থৈবিক্তা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী কোক্নুং মুংঙাইবা অহুদা ল্যাক্লিবা অহুদি উনবী পুক্লিং ওক্তা কনানা খোইরোম লাইশিং খিতমদনা অহুনে। সূর্য্য অভিংগী য়াংজৌ লগী মহাকপু ইখিং-খিংনা কুমকএ। খৌরম কক্লিগী কুমকপদো হায়রবদি মপা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন্না মচানিপা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ মখোক্লকপবু নিংথৌ থাংশাং মখুংগুনা প্রাণ থরাই হাংকে জৌক্লিএ হায়ববু ভারবগী দমকপু খোইরোম লাইয়াম পুরমক থৈবিক্তা ভাংল-য়কএ। মতৌ ওল্লোকপা থৌরম্নে। রুকাঙ্গদ নিংথৌ অখোইবা-ও, একাদশী ব্রত চাকহেন অরুববু কায়বা কৌবগী মরম্না ম্যাগী গর্ভদগী মচানিপা নিংথিববু করম্না হাংকে হায়রিবনো হায়না য়াংজৌ লমখাংজা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনবু নিংথৌ মতিক থাগৎনা ভাংনখিএ হায়দক্তা ?

মতৌ অম্বম তৌনা দেব লাইয়াম পুরমক থুংলয়ে। মখোয়া অয়াম্বনা থুংলরবগী কাল মতম অহুদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদি মতু চামরিমক্তা লোইনবা মপা নিংথৌ অখোইবগী সনা মখোংথাদা চংলক্লে। অম্বুন্না চংলক্লবগা পন্থৌ মপা-মম্না অনিমকী সনা থুন্না-রেনবু ভাংজা কোক্তা কংনা খুরমজখিএ। ব্রাহ্মণ, পুরোহিত, বৈষ্ণব পুরমকপুম্বুং প্রেম ভক্তি তৌনা খুরম্বগা লৈবাক পাল্ল অহুবা মম্বিনচিংলিবা পুরমক থৈবিকম্বুং খুরয়ে। অম্বুন্না খুরবম্বু ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, পণ্ডিত, ম্যাথেম লৈবাক কোনবা পুরমক্তা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ

নিংথিবা বৈষ্ণব চরিত্র লমচংনবা ভক্তি সত্য থাংক কাম্নবগী নিংথি মতৌ চংখোমবা অহুবু উরবগী ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, শাস্ত্র লৈবাক কোম্বা পুম্নমক্তি প্রেম থরাং হৌনা মালেম লৈমাইথক্তা ওয়া মিকম্বথিএ হায়দত্রা ?

হস্তিনা লৈবাক পুম্নমক্কী মুপী নিপা অম্বাষা খৈবিক্রা মোহিনী খোইমোম লাইগী চসুবু থাখং অথাবনা মিচৈনখিএ—হে মহাপাপী কশুম্বা নংনা মাইকৈ লমদম কদাম্মমদগী লাক্তনা থৌরম ওন্থোকপা অমুবা থারম অৱাববু শিন্নবনো ওন্থোকএ। থৌরম অমুম ওইরবা মহাক অসিদা লৌশিং থাখল তৌদনা লৈরিবা মহাপাপী নং অসিদা উংকী মপৈ ওইনা তুমসনো হায়না অমুম্না মিচৈনখিএ। থারম অসি মতুংদা ধর্ম্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবদি মাগী পাইমা উনগোইক্লুদা ধ্যান লাইনিং কাম্নদা, পুক্নিং খুকম হোংদনা আসন মাগী লাইনিং-ক্ষমদা কন্না, মপা থাখং কাম্নহন্দনা শ্রীগোবিন্দ অথোইববু ভজন লাইনিং কাওদনা নিংজম্নবগা উনবা পুক্নিং মরাং কাইনা হন্নাও মখোই তৌদনা পাওমেন্নকএ—হে ইপা ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, নমাই ঐবু প্রাণ থথাই হাংনা বলিদান তৌববু থিনবিরগনো হায়না থাখং ভক্তি তৌজম্নবদা মপা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেম্না মপাম্বিগী কোলোই মরাখং নিংথিববু তাম্নবদা মুংশি পুক্নিং চং, থম্মোই মৈচাক থোইনা চেংলৌ মমিং অনিমক্তা প্রেম থারা ঈচেম্মনা মিকম্নবগা স্নান লাইজ ইকথোক্লবগা জপ-তপ মতম তৌনা কৃষ্ণ পূজা তৌরে। সূর্য্য পূজ তৌরবগী থৌরম অহু মতুংদা রুক্মাঙ্গদ নিংথৌরেম্না থাখং ভক্তি তৌনা হায়জখিএ—অভিজাগী মকোম্না লৈরিবা হে গোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবা নগী ব্রত চাকহেন অরুবা অসিবু কাম্নবা কীবগী দমকপু ইপাবি ঐবা

পোকপা থরাই ঐগী লল ওইনরিবা মুংশিমথৈ লৈতবা অদিবু হৃদোক্তনা প্রাণ থরাই হাংকে হায়না তৌরিএ। শ্রীগোবিন্দ কৃষ্ণ লাইমরু অথোইববু নিংশিংলবগা মপারি ধর্মাঙ্গদ যুবরাজ চেংলৌ শকোই হেনবা শমু মহাকশাংবু পূণ্য মতুম ওইরিবা অহুদি মাগী আসন কম্লকম নিংথিবা অহুদা কম্লা ধ্যান পুক্নিং চোইদনা ভাংজা মাগী মরৈতোম্দা হরি হরি কৌনা লোম্রে। পম্বৌ মপা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেম্বা থাংশাং মথুং-ন্তু অথৌবৰু শমু থুত্তা পাইরবদা শূক্ত অতিংঙাদগী থোইমোম লাইরাম পুম্নমক্কা চেংলৌ মিংথিংলবগী মিপাই কোকই কানা হকশাং মতু চুংনা লোংকিনথিএ হায়দত্রা ?

রুকাঙ্গদ নিংথৌরেন অথোইবনা মপারি ধর্মাঙ্গদ যুবরাজ মথোল্লকপা শমু মহাকশাংবু পুক্কুং চংবী লৈয়োল থোকুম হকশাং থোইনা নিংথিবা অহুগী ভাংজা লুরেনতোনবু ককথোক্লংগ হায়না থাংলেন মথুং-শুবু রাংনা হাইগংলকপবু শ্রীকৃষ্ণ গোবিন্দ অথোইবনা শূন্য অতিংঙাদা রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী থাংলেন মথুং-শুবু কাডম্নবগী অহুম্না ফারবগা নিংথৌ মমাং শংশংবদা শ্রীকৃষ্ণ অথোইবা মহাকী মূর্ত্তি শংশংববু উহল্লে। ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বরনচিংনা থোইমোম লাই-রাম পুম্নমক থৈবিকম্লুং রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী মমাং শংশংবদা মাগী মাগী মূর্ত্তিবু লেপ্পা উহল্লে। শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অথোইবনা শঙ্খ, চক্র, গদা, বাঁশী থুংশুনরিবা পাম্বোম মরি পানবা, কিংগ সনা অশংববু চৈরৈ কিজেংনরিবা ঈশ্বর মপুরেন অথোইবা অহুনা রুকাঙ্গদ নিংথৌ মপা-মচাবু মুংশি পুক্নিং চংনা মনাই ভক্ত মুংচানববু ওইনা কোনথং-শিরে। শ্রীগোবিন্দ কৃষ্ণ অথোইবনা হায়রিথএ—হে হকশাং নব অনৌবা ধর্মাঙ্গদ যুবরাজ নিংথিবা-ও, নিংথৌ নপা-নচাগী সত্য

য়ালক অহেংবা অসিদি ওম্বোক্না কনমদ্রে। সংসার মালেম অহিং-
পানবা পুরুষক বৈষ্ণিক্না তৌওমবা সত্য রাশক অরুববু মশুম্নবনি শীনা
খোইয়োম লাইস্নায় ঐখোয় বৈষ্ণবপু নংগী শমু খুত্নুম চত্থিরে
হায়না খৌজাল মায়োক্লনা লল কুবিথিএ হায়দরা ?

য়াম্ম অসি মতুংদা রুক্সাঙ্গদ নিংথৌরেন্না মপাগি ধর্মাঙ্গদ
যুবরাজ অহেনববু শমু খুৎশয়দনা শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অথোইবগী পাদ-
পদ্ম সনা খুন্না থন্নাল লৈ অনিমক্তা তাংজা লুরেনতোনবু মালেম লৈদা
পক্না প্রেম মিকপ চৈরোইননা খুরুমজখিএ। শ্রীহরি মপুরেন
অথোইবা মহাক্সুং অমরক হন্না কোনথংপিরে। পণ্ডৌ মপা-মচাবু
খৌজাল মায়োক্লনা অনোবা অমরক হন্না লল কুবিথিএ।

থৌরম অসি মতুংদা রুক্সাঙ্গদ নিংথৌরেনবু শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু
অথোইবা মহাক্না পাণ্ডকৌশিল্লকুনা য়ারম অথোইববু হায়খিএ—হে
মহাশয় রুক্সাঙ্গদ নিংথৌ অথোইবা-ও, ননাই নশন অয়াম্বা পুরুষবা
লোইননা একাদশী ব্রত অরুববু তৌরিবা অসিদা একাদশী ব্রত তিথি
মাকমৈ অথোইবা অহুবু কৃষ্ণ ঐগী শমু ইহাকশাংনে হায়বা অসিবু
করম্না থংবনো ? য়ারম মতৌ অমসুং ব্রত চাকহেন্ন অচৌববু কায়বা
কৌবা মরম্না নপাগি হুংশিবা অসিবু বলিদান তৌগে হায়না করম্না
তৌরম্নিবনো ? হৌজিক্তি হে রুক্সাঙ্গদ নিংথৌরেন অথোইবা-ও
নিংথৌ নংগী নতিক অচৌবা অসিবু ওম্বোক্না পুণ্য ওইরে। মহাদেবগী
লৈবাক হুংজাইবা কৈলাস সনজৌদা নংগী খুবম ওইববু পায়বা অমা
য়াজা শিদফকী লৈবাক হুংজাইবদা নংগী কবী ওইববু পায়বা অমা
সরারেনগী থোইমোম লাইরৈবাক্তা নংগী কবী ওইববু পায়বা ? কা
রুকম অহনক অসিদগী নংবা পাক্লা রুক্সীবু হাক্ক-ও, ঐনা মক্তোপ

পিনপে হায়রবদা রুকাঙ্গদ নিংথৌনা হায়জখিএ—হে ইবুংঙো থৌজাল নবকু মপু ওইরিবা-ও, কন্না মকম মুংঙাইবা অহম্মক অসিবু ননাই ঐনা মঙৌ অসুম ওইগে হায়বা ভম্নরোইএ। হে ইবুংঙো ভগবান মপুরেন অথোইবা-ও, ননাই ঐনা নিংজবা ব্রারম অমত্তদি লৈএ। ঐনা নিংজবা ব্রারম মহাক অদুদি, হে ইবুংঙো, নংগী সনা খুয়ারেন অথোইবা অদুগী লেংদবা ননাই ওইববু ঐনা পামজৈএ। ব্রহ্মাগী মপুরেন হে সনাতন অথোইবা-ও, নংগী সনা খুয়ারেন নিংখিববু ননাই ঐনা পাইজদনা হন্না হন্না খুরুমজরবনে। অনাথ মপু লৈতরবা থৈবিকী মপুরেন অথোইববু ওইরিবা হে ইবুংঙো, ননাই ঐনা হন্না হন্না হায়জরিবা অসিবু থৌজাল নরনকুদগী কোলোই য়াথং নিংখিববু পিনবি-ও হায়না য়াথং ভক্তি তৌনা খুরুমজখিএ। ননাই ঐনা নিংজবা ব্রারম অথোইবা অসিদি ইনাই ইশন অয়াম্বা পুন্নমক্কা লোইননা, হে ইবুংঙো, নংগী সনা খুয়া থম্বাল লৈবু পামজৈএ। মালেম তাইবংপানবা অসিগী মপু ব্রহ্মাণ্ড অচৌবা অসিগী মবুংঙোবু ওইরিবা ঈশ্বর মপুরেন অথোইবা নংবু ভসি কোরৌ মুমিৎ অসিদা চেংলৌ ইমিৎ থিৎনা উজববু লেপ্না তানফংজরে। ননাই ঐগী শামা-লাম্না অয়াম্বা পুন্নমক লোইননা, হে ইবুংঙো, নংগী সনা নথোংথাবু তানফংজবা অদুদবু পিনবি-ও। ব্রারম মঙৌ অমসুং ইবুংঙো নংগী খুবম অথোইবা অদুদি ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর, মহাদেব মহাক্না চিংলিবা থোইমোম লাইয়াম পুন্নমক্না নিংজদনা পংনা তানফংবা ভমদরিবা কন্না অদুনে। অদুক লুবা খুবম অচেৎপা অদুবু ননাই ঐনা পুক্নিং থৌরাংনা পামজ-রুরি হায়না ভক্তি তৌনা হায়জরবগী রুকাঙ্গদ নিংথৌরেনগী পুকখং খুবম অচেৎপা ভক্তি-প্রেম অরেপ্পবু উরবদা শ্রীকৃষ্ণ অথোইবগী উনবা

পুক্নিং ফায়া পোন্নরবগী য়াথং অমৃত নিংথিবনু পিনবক্তে—হে নিংথৌ মপা-মচা অসিদা ঐগী ইনাই ভক্ত লেংদবা মহাকপু লেপ্পা মওইরে। হে একাদশ নিংথৌ-ও, নংনা নিংবা পুক্নিং অহুবু লেপ্পা মথুংজরো হায়না থৌজাল বায়োক্লনা লগ কুবিথিএ হায়দত্রা?

---

## বাহৈ থরগী অর্থ

### অ

অতাম্বা—অথাম্বা

অম্বর—( সং ) চীনবান

অনাথ—( সং ) মপু লৈতবা

অপরাধ—( সং ) অয়োন

অরান, লঙজবা

অমন থমলৈ কুম্বা—শিবা

### আ

আচার—( সং ) লমচৎ

আনন্তশেষ—পাতাল লৈমাব', লিন নিংথৌ

আসন—( সং ) ফিদা, ফমফম

### ই

ইমুং কোবা চীৎমুং শোইরক্লবগা—নোংঙাল্লগা

ইমুং শোইবা—অহিং নোংশোয়বা

ইমুং শোয়াইমদা—অহিং চবুক্তা, নোংয়ায়দা

ইপারি—ইচা নিপা

ইমোম—ইচা ছুপী

ইশাবি—ইয়াম্বা, তাদা, ইপুরোইবা

### ঈ

ঈয়েনপুং—সমুদ্র

ঈশ্বর—লাই, ভগবান

### উ

উনবী—পুকনিং

উনবী-পুকমায়না—পুকচেন তিম্না, পুকচেল খোয়জেল মায়না

উয়োরবগী—উহোরবগী

### ঋ

ঋষি—( সং ) মুনি

### এ

একাদশী—( সং ) তরা-মাথোইনি পানবা অমসুং কুন্তককনি পানবা থাবান

### ক

কণ্টক—( সং ) তিংখং

কর্ণ—( সং ) নাকোং

---

সং—সংস্কৃত

ক্রোধ— ( সং ) অশাউবা
ফাওরেন— যণ
কামু অতোম্বা— চেংলৈগী নিং-
থৌ তাওবুং থোংতোবনা ইরেম
তোইবী লৈমা থাইনক্লবগা অমুক
হন্জিল্লবগা পোকপা মচা
কোংয়াং— রা
কোরৌ নোংজা খুদিং— নুমিং
খুদিং
কোরৌ নোংমদোন— অতিয়া
কোরৌ নোং শীংজং— বজ্র
কোলোই— মিং
কৌবা অডাংডা— মৈতৈ নিংথৌ
খুয়োই তোম্পোকী মচানুপী
লৈমা লাইরোকলেম্বীবু লৌবা
কৌবা মপু নিংথৌ
কৌবা চিংমুং শোই শোরাতৈনা
ওল্লকলবদা— নোংডাল্লকলবদা

## খ

খমন্নুং— যম, অশিবগী লৈবাক
খেল্লেন— থ্বাইদগী ফবা মতম
খোইনৌ— মত্তা

খোইমোম— জাই
খোংলোই— পাউ চংপা মী,
দূত
খোংশাল্লকলে— যাত্রা
তৌরকলে
খোম্লেন তুমগন্দা মিংয়েং নাও-
শুমদনা— মিং ককলা অমত্তা
উইদনা, অহিং তুমদনা

## ঙ

ঙাইথোম্বা মপারি— ঙাইথোম্বগী
মচা নিপা

## চ

চন্দ্র— ( সং ) থা
চরিত্র— ( সং ) লমচং
চিঙ্গোই— য়াথং
চিন্তা তৌনা— রাথল তৌনা
চীংলেন পনলংলা— চীং অরাংবা
চেংলৌ— শক
চৈরোইননা— লোয়ননা
চোইনৌ— সনা
চোকথ হুইথনা— হকচাং ইপং
পথনা

## ত

তথা— উ

তাওবুং থোংতৌবা— চেংলৈগী নিংথৌ থাংম্লিং থোংজোম্বনা পোকপনি, নিংথৌ অসিনা লুরাং নিংথৌ চন্থু তোইবীরৈমা লৌখি।

তাংজা লুদা থোংনা— কোক্তা থোংনা

তানফংজরে— ফংজরে

তালোই— মতু

তিথি— মাকমৈ, থাবান

তিল— ( সং ) থোয়দিং

তোইকুম— তোইগুম্বম্বুং

## থ

থানিল— পূর্ণিমা, তরামতানি পানবা

থাশি— অমাবস্যা, কুম্থানি পানবা থাবান

থিয়েন— থা, থবাক

থোংনেক চরুসে— থবক নেকসুসে

## দ

দশমী— ( সং ) তরানি পানবা, কুনমতানি পানবা

দামোদর— ( সং ) শ্রীকৃষ্ণগী অতোপ্পা মিং

দ্বাদশী— ( সং ) তরানিথোইনি পানবা, কুন্তরেংনি পানবা থাবান

## ধ

ধর্ম্মরাজ— যম নিংথৌ, থমম্বুং লৈমাবা

## ন

নতা থুনপোইদা— নমান্নবগী ময়ুম লৈকাই কোয়দনা

নমান— নকু

নমু— মী, তাইবং মী।

নমু পোং ওইবা— তাইবং মী

নরনকুদগী— নথোজান্দগী

নাপা চিকথেম্মনা— নাংকোংদা তুমিন্না থা হায়দুনা

নিম্দুং— থা শিথরকপা, কৃষ্ণ পক্ষ

নিম্মাং— থা পানথংলকপা, শুক্ল পক্ষ

নুংচানবা— নুংশিবা, নুনা তৌবা
নুংবং চংনা— চমম্না
নুমিৎ চায়থখিরবগা— নুমিৎ খেংজিন্নকলগা
নুমিৎমদা— নোংমগী নুমিৎতা
নুমিৎ শিংওন খুদিংদা— নোংমা নোংমা হৌখ্রবদা
নৃত্য— ( সং ) জগোয়
নোংজা খুদিং— নুমিৎ খুদিং
নোংদম থোম্না— লাইনা ভমখিবনা
নোংফাই— লৈচিন
নোংমদোম্দা— অত্তিয়াদা
নোংমনখিরে— শিগ্রে
নোংশাং— নুমিৎ কুইনা
নোংয়াই— খুমন

## প

পঞ্চ পাপ— ( সং ) পাপ মঙা
পম্লোবা মচাগুম— মপা অমত্তনা পোকপা মচিন-মনাওনা তৌবগুম
পানম হেকমাই কাবা— চথোক কোয়থোক্তনা
পলেম পিশোয়বা পম্লৌ পা- শোয়কলে— নাহেন্ননা মমা- মপা কৌয়কলে
পলেম্বীমচা— মমা অমত্তনা পোকপা মচিন-মনাও
পাইমা উনগোইনুংদা— পুক- নুংদা, পুক্লিংদা
পাইমা সনা লিনগোইগী— গর্ভদগী
পাওকোক্লরগা— কৌক্লরগা
পাকোই— পিগুম
পাচা— শাগৈ
পাত্র মিত্র— অওম অথৌ, য়াইতোং থমদোং
পাতালপুর— ( সং ) পাতাল লৈবাক
পাতেশ্বরী— ( সং ) মহারাণী
পামেল— উ
পুক্লিং থোইথৈত্তানা— পুকনিং চংনা, থরায় য়াওনা
পুত্র— ( সং ) মচা
পুন্নুং— লফু
পুরন্দর— সোরারেন

পূর্ণ— ( সং ) মপুং ফানা
পোইরৈ— মৈতৈ
পোম্বী— উচেক

### ফ

ফম্বী— লৈকম
ফুমবংনবা— চমম্বা, তোকম খুডবা

### ব

বিম্নি— ( সং ) ৱৈথায়বা
বিধি নোংদমখোনবু হেনকদবদগী — বিধিনা তমখ্রবা ককপা য়াদবগী
বৃহস্পতি— (সং) শগোলশেন
ব্রু— ( সং ) চাকহেন

### ভ

ভগবান— ( সং ) ঈশ্বর, লাই

### ম

মখোক্লকপা— মখোক কারকপা, ইনথংলকলিবা
মনোংয়াই— মশু নিপা
মপারি— মচানিপা
মবিংশা— মাখোয় অনি
মমোম— মচা মুপী
মমোমলোন— মচা মুপী
মরনবু— মখোজান
মরান লোনয়ুমনুংদা— য়ুম মনুংদা
মশানৌ— মনাও ইবেম্মা, মতু
মশাবি— মম্নাম্বা
ময়ু— মবুধৌ
মাকমৈ— থাবান, তিথি
মাকলৌরেন— ইস্নাক
মানলৈ চিংওম্নকলে— অহল ওইরকলে
মানলৌ— ফি
মিৎয়েং শানথৈরে— উরে
মুখ— ( সং ) চীন
মুনি— ( সং ) ঋষি
মুনি লেংনা তিনবা— সভা
মৃত্তিকা— ( সং ) লৈপাক
মোইকাই— চীনবান
মোংবা ময়ুম নাক্তা— ময়ুম মমাদ

## ল

লকান্নুংদা— থম্মোইস্নুংদা

লমওকওম্মে— ওকলম্মে

লমথাংদা— লম্বীদা

লাইমরু— অথোইবা লাই

লাংওল অমরক্তা— মপোক অমুক্তা

লাঙ্গোই— শামু

লাঙ্গোই মোইশায়া— শামু

লাংহৈ— চহী, কুম

লুরেনতোন্দা— কোকতোন্দা

লেংনা তিনবা— সভা ফম্বা

লেমৈ— ডা

লৈওম্বা— লৈরম্বা

লৈরাং— লৈ

লৈরাং অভিংভা— কান্নদবা, অরেম্বা

লৈরোদনা— লৈহৌদনা

লোইদাম— থা

## ৰ

ৰাইরা— তেল

ৰাংওস্নোন— মৈতৈ নিংথৌ চন্নু

ৰাহমলকে— হান্নবকে

ৰাহায়নিংভাই শাংভানবা— মেংনবা, নিংভাই তৌনবা, থংনবা

## শ

শকহেনবী— মশক মভৌ ফজবী

শঙ্খ— ( সং ) মোইবুং

শম্নাং— শম

শরি শোনবা— ৰাশকপা

শিংওেল— লৈ

শিরাপ— মীচৈ, শাপ

শোংকি চংনা— মিপাই থবাইনা, পুকনিংদা অকিবা পোকনা

শোরিবা— নত্তবা, ওইদবা

## স

সূর্য্য— ( সং ) নুমিৎ

স্বামী— ( সং ) মপুরোইবা

## হ

হনৰাইরক্লবদা— হল্লকলবদা

হাজং মৈবা— থাম্বা

হেকভাই মুয়েং চেংনবু মিকপথি —হীকনা হীকনা কপথি

য়

য়াইরংচান— মুমিং

য়াওয়া থানিন নোং—পূর্ণিমা
মুমিং

য়াংলৌ— লম্বেন, লমথাঙ

য়ারেন খোংজিভোন— য়াভোন

য়োইময়াই লাইরেন ভাউদনবা
— মুমিং

য়োইরুমলোন—· লুরাং য়েক
ওইবা য়ুমনাক্কী নিংভোন

য়োন্দনা— শোয়দনা

লোইরবা।



# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২ | ১৩ | মপুখেনগী | মপুরেনগী |
| ৩ | ১৩ | অথুল্লবু | অথুপ্পবু |
| ৬ | ৩ | শিঙা | শিকা |
| ৬ | ১০ | নরিন | নারিন |
| ৭ | ৭ | অংশা | অংশ |
| ১০ | ১৪ | লাঙ্গোই মোইশরা | লাঙ্গোই মোইশারা |
| ১০ | ১৪ | শমু | শামু |
| ১১ | ৫ | চৈরি | চৈরৈ |
| ১৩ | ৪ | ছমথংলক্লবগী | ছমথংলক্লবগী |
| ১৩ | ৮ | থৱৈ | থৱৈ |
| ১৭ | ১৫ | পানম | পনম |
| ৪৩ | ১৪ | খোরিবুনা | খোরিনা |
| ৪৫ | ১১ | খল্লুদদা | খল্লুবদা |
| ৪৬ | ১৫ | খৌহৈদবা | তৌহৈদবা |
| ৪৯ | ৪ | ছপ্পা | ছনা |
| ৪৯ | ৯ | পুকমুং | পুমুং |
| ৫১ | ১৯ | পুণিমা | পূর্ণিমা |